# রাখালগী ঈচেন



৺খুইরাকপম চাওবা সিংহ

# খাখলগী ঈচেন

অইবা—

৺খাইরাকপম চাউবা সিংহ

উরিপোক 'সারবোন থিংঙেল
ইম্ফাল।

মমল দিরা ৫০

ফোঙজবী—

কুমারী কেঐইচঃ গোরোজিনী দেবী

উরিপোক, সোরবোন থিংঙেল




অহানবা ফোঙবা

মশিং — ১১০০

জুলাই ১৯৮২ ইং

নম্ফম: ডি সরস্বতী প্রিণ্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল।

# শন্নপ্পা পুন্সি-বান্নী

৺শ্রীখাইরাকপম চাউবা সিংহ, খৃঃ ১৮৯৬ কী জানুয়ারী ২৩ শগোলশেল ম্নমিত্তা উরিপোক, শোর্বোন থিংঙেল লৈকাইদা পোকখি। অপোকপগী মিংনা মুক্তা সিংহ কৌই, শিনফম্মা মৈতৈগী ঈশৈ তৌবা মীনি। অপোকপীনা থাকল লৈম্নমনি। অনম্তশাই মন্ত্রী পুন্সিবগী কোন্দা পোকপী থাদোইসনানা পোক্চরীনি। মশাগী চহীনা মঙা শুরকপদা অপোকপগা কায়নখি। পুন্সি খোঙহৌদা য়াম্না ওন্না অন্না-অনং শকখঙনখি। অপোকপীনা লুপ্তাশীংদা চন্দুনা ম্নুম অমা পানবগী মুপা-মুপী অনীমক শক্তুনা লাঙ্গোল্লকখি, অরুবা শিনফমদা চঙহন্নবা খন্দুনা মচাবু মতম চানা মহৈ পীনবা খৌরাংখি। মতম অদুদা' নোংচুপকী মহৈ নীংথিনা শকখঙনদবনা, অদুগা লমদম অসিদা মমাঙঙৈদগী হৌনা চংনরবজবা ইহৈসিংনা অফবা মহৈ ওইনদা• উনরমবনা মচাবু হৌন-লোনচং খঙনবা নিত্যাচার তম-হনখি। মীরক তিনবা য়াবা মহৈ পীথনবগী দমক্তনা সারস্বত ব্যাকরণ তম্বা চংহনখি।

অপোকপীগী পাইরৈ মতুংইন্না থাংমৈবন্দ এলঃ .পিঃ স্কুলদা লাইরিক তম্বা হৌখি। স্কুল অসিদা বাঙ্গলা লোলবু শক খঙবা হৌখিবনি। নিম্ন প্রাইমারী ছাত্রবৃত্তি পরিক্ষা পাস তৌরবা তুংদা জোনষ্টোন হায়স্কুলদা তমথখি। স্কুল অসিদা ক্লাস নাইন ফাওবদমক লৈরম্বনা শিলোংগী গভর্ণমেন্ট হায়স্কুলদগী খৃঃ ১৯১৮ দা কলিকাতা বিশ্ব-বিদ্যালয়গী প্রবেশিকা পরিক্ষা পাস তৌখি। মথংদা কলিকাতা আশুতোষ কলেজদা আই, এ, তমথখি। ঈশ্বরগী নোংদম থীবনা আই, এ, ফাষ্ট´ ইয়ার লোইরকপদা ন্নার ফিবর তৌদুনা নাররকপনা কলেজ পুন্সি মখা চংথবা ঙমখিদে। মতাং অসিদা ছাত্রগী পুন্সি লোইশিন্নগা ছিংনবগী শিনফম পায়বা হৌখি।

খৃঃ ১৯১৯ দা ইম্ফালগী বেঙ্গলী হায়স্কুলদা ওজা ওইখি। হায়স্কুল অসিদা চহী তরা লৈরবগী তুংদা খৃঃ ১৯২৯ দা জোনষ্টোনে হায়স্কুলদা অমুক ওজা ওইখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা মহাক্কী খোর্জেইগী খুথাবু শীংথারক্তুনা "সাহিত্য-রত্ন" হায়বা নীংথিবা মিংথোল্লা খৃঃ ১৯৪৮ দা ইকাইখুম্নখি।

হায়স্কুলদা চহী কুনমাথোইমুক থবক তৌরবগী তুংদা, মশাগী চহীনা য়াম্খৈমঙা শুরকপা, খৃঃ ১৯৫০ মেরা থাগী থাশি, শগোলশেন নুমিত্তা মাহাক্কী ঈনা মিতমখিবা মচাশিং ৭ (তরেৎ), শাগৈ-নাতৈ পুম্নমকপু থাদোকলমত্তুনা ঈশ্বরগী খুয়াথাদা মতম চুপ্পগী ওইনা অরোইবা য়াহিপ তানখি।

অইবনা থস্বীরস্বা শীংথাবা য়াবশিংদি ১) ছাত্র মচা (রারেং অমসুং শৈরেং), (২) ফিদম (রারেং), (৩) রাখল (রারেং), (৪) কাম্বা রা (রারেং), (৫) রাখলগী ঈচেল (রচনা খরা), (৬) থাম্নগী লৈরাং (শৈরেং), (৭) লবঙ্গ-লতা (উপন্যাস)।

---

# য়াহৌদোক

লাইব্রিক অসি ঐহাকনা লেংজখিবা য়াথল, ফিদমনচিংবা লাইব্রিকগী খরদং হেননা নুবা লাইব্রিকনি। মাসিদা মৈতৈগী লৈজরম্বা ভাব লোয়নচিংবা অমত্তু খরদং ফোংদোকপা য়ানবা লাকনজরি। বঙ্গদেশগী মিং চৎলবা লাইব্রিক লেংবা ৺কালীপ্রসন্নঘোষগী নিভৃত চিন্তানা কলেজগী পাঠ্য ওইনবা উবা অমত্তুদা মাগী ফিভম অমত্তু লাক্কুনা, কান্নগদবা মফমদা মাত্তুদগী ভাব ফাওবা লৌত্তুনা, করিগুম্বা তুংদা ঐখোয়গী লৈপাক্কিস্তু মকাম্নরবা থংদে হায়না খনবদগী মাসি হোৎনজবা হৌখি। অমত্তুগা লাইব্রিক অসিগী অয়াম্বা শরুক্তি থাইনগী মৈতৈ উঝাসিংগী য়াথলচাওবা উৎপগী শরুক্কনি হায়বদা থোইনা চিংনফম লৈতে।

৺শ্রীখ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ
উরিপোক সোরবোন থিংজেল

# হীরম লামায়

# ৱাখলগী ঈচেন্

## মৈতৈলোন

লোইবী চীংগী নাপোমদা শীঙেন ইঙেনলৈনা লৈরাং লৈকাফন্না শাৎকায়রি। লমগী নামিবা মলয়া ফুংশিংনা মস্বিনবা কনা য়াওদনা শীঙেন অরেম্বদা লৈরাং লৈনম য়েল্লি। ঈপাম্বাগীদি মাকমৈ শরৎঋতুগী কোকচীন, কবিগী পুক্লিংনা লাংতক্লরবা মতম অসিদা নাইতোম শাৎলবা লৈরাংনা চিনবীহৌনবা লৈতনা মালেমথক্তা কেনখিবা উক্লত্নুনা রাখল চাওবা মৈতৈ কনানা অরা তেংথানরি।

চীংদা শাৎপা ইঙেনলৈ,
চিন্নদনা কেনখিবা.
কল্লকই দে।

পলেমগী খোমলাং অমৃত থক্লিডৈদগী অহানবা শিন্দম ওইহনা নরাগী কোলোই অহানবনা পলেমগী মিংফম কৌনরক্লবা ঐখোয়গী ঈরোল—ফুংশিরবা, পাম্মুরবা ইমারোল, মৈতৈলোন অসিস্থু অয়াম্বদি লৈরাং ইঙেনলৈগী পান্দম ওইরে। লৈরাং ইঙেনলৈ হায়বা অসিস্থু নিংথিজরবা লৈরাংনি, তৌইগুম্বস্থুং উবিনবা' নম্বিনবা লৈত্রবা লোইবী চীংথাংদা শাৎলুবা মরমনা রাখল চাওবা কবি খরগী তেংথারোল ওইহনা তোক্লরে। অরাবনি! লৈরাংগী মগুণ খংলবা শাবী শানৌ-শিংগী শাইগং তময়া নকনা শাচ্চরম্লবদি চিগোংলৈনা য়াইদ থেৎ, শনকুপলৈ শত্রেনা মচন চানা থান, লৈরাং শাচ্চবগী মহে য়াম্নরমগদবনি।

ঐখোয়গী মৈতৈলোন অসিসু অসিগুম্না লৈরাং থিবিনবা লৈরম, কোলোই শকপিনবা য়াওরম, অচুমক নত্রবসু কোলোই তাবিনবদা য়াওরম্নবদি মালেম অসিদা চংনা লৈরিঙৈদনা নোংমদোন লাইরৈবাক্কী বীনাগী খোঞ্জেন্ তাত্নুনা পুক্নিং পেম্নবা মখৈতদি ঙমজরমগদবনি অম্নাবনি। মেংনা নি থিরবা মৈতৈলোন অসি চীংদা শাংপা ইঙেন-লৈগুম সমুদ্রগী ঈয়ায়দা লৈবা মণিগুম, চীংনা কোইনা পনশাবা, হাওনা কোইনা পনঙাকপা লৈপাক অসিদা অরেম্বদা খংবিনবা লৈতনা তাত্নুনা লৈয়ে।

ঐখোয়না অসুম্না মরম লৈতনা নারদগী বীনা পায়হুনা, কবি নত্তুনা কবি শাহুনা, জগোয় খোংলৈ কায়দনা মৈতৈলোনগী য়াকাইরোন শকপা তারগা মরোন হুংশিজবা, মরোন পাম্মুজবগী থৌইনশিন্ননি হায়বা খংবিহুনা কনানসু তাথীবিরোইহায়বদি খংঙি, তৌইগুম্বসুং কনানা মৈতৈলোন অসিবু পাম্মুকম থোকপগে? মরমদি হৈহুনা লৈরিবা ইরোনবু অমুক নৌহৌনা তমলুবগী করি কান্নকম লৈবগে? খরনা অমুক হায়রি—মৈতৈলোন তন্নগা করম্বা মতমগী মতিক চাবা রাখল, লৌশিং থোকফম লৈবগে? খন্না অমনা মৈতৈলোন অসিবু পুক্নিংগী রাখল কোংদোক্নবদা গুপ্রবা য়াম্না চন্নবা হাও নাইগী লোনগুম নিংঙি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না রাহুং পুন্নমক অসি খুমনিংবা অমতসু য়াওদ্রি। মৈতৈ কনানা মশাবু মৈতৈলোন হৈরে, গুনা খংলে হায়বা ঙম্বগে, তৌইগুম্বসুং মখোয়না খংবনা চুমই—জাতিগী লোন জাতিগী সাহিত্য চাওখংপা হায়বা অসি জাতি অহু চাওখংপগী খুদম অমসুং চাওখংনবগী পাম্বেনি। মীরৈপাক্কী লোন, মীরৈপাক্কী চাওখংনবা লাইরিক পুম্নমক পাবা অসি য়াম্না কান্নবা, তৌগদবমক্নি হায়বা অসি ঐখোয়সু থাজে, তৌইগুম্বসুং মাহু মী কয়াগী মরাইবক্ক থোকপা য়াবগে? মাহুগী অশম্বা খুদমবু মী পুম্নমক পেনা তাবা চংলি—অতৈমক খংঙক্রবসু খম্বা থোইবীগী কোলোই মপাও মখৈদা তাহুনা মিৎলুদা তরংগী ঈরা চেনবা ঙম্মি। নোংবান্না পাম্বগী মাংদা, মায়থিবা উরগা— **যথা ধর্ম্ম তথা জয়-**

হায়বা পাওতাক ফংহনা তাজরুবগী কাম্নবা থংঙি। তৌইগুম্বস্নুং রস খংলবা ওঝাসিং খরদং নত্তনা কনানা বাসক তাবা চৎপগে। পূম্নমক বাসক য়েংবা চৎপা ঙাক্তনি। তৌইগুম্বস্নুং ইশৈবু য়েংবা হায়বা রাহৈ অসিমক রাহৈ অরানবা মওংনি, অচুম্বদি বাসক্কী ইশৈ তাবা চৎপদা ইশৈনা করি হায়রি হায়বা অহুদি খংদবনিনা পালাগী চোলোম, পুংয়ৈবনা চোংবা য়েংহনা হন্নরে, কনা অমনা মীয়াম তিনবা য়েংহনস্থু তোকই। অওইবমক মাগী মাগী মরোনগুম্না লৈপাক্তা কাম্নবা রা শন্দোক্লবা পাম্বে অমা লৈতে। অনিগুবা রাহং অসিগী পাওখুমস্থু য়াম্না লায়—হৌজিক অসিদা মৈতৈলোন্দা মতমগী মতিক চাবা লৌশিং ফংবা য়াবা লাইরিক য়ামদে হায়বদি য়াম্না চুম্মি। তৌইগুম্বস্নুং ঐখোয়না অমুক হংনিংবদি মাহু কনাগী মরাম্নো? লোনগীরা? লোম্লিবা মীগীরা? চাওখৎলবা মীরৈপাক্কী লোন কয়া হৈরবা, সংস্কৃতলোন, খংলবা পণ্ডিত কয়া মৈতৈ লৈমগী মচা ওইহনা পোক্লে, কয়ানা অরাৎপা অহু মেনশিনবিনবা লাক্লবিবগে? হৌজিক অসিদা ইশাগী কাম্নবা নত্তনা অতৈ খম্নবা মতম ফংদ্রবা অসিদা মৈতৈলোনগী কবি পূম্নমক্তি কনাস্থু ঈচং থৌফম থোক্তে হায়বা ঐখোয়স্থু খংঙি, তৌইগুম্বস্নুং মাহু অচুম্বনি হায়বদি ঐখোয়না য়ানিংদে। মরমদি জীব ওইনা পোক্লগা মাগী পোক্লফম লমদম মপামলম্বু মুংশিদ্রবদি মাহাক অহু ওম্বোকপা মী অমনি হায়নিংঙি। কবিনা করি হায়:—

Breathes there the man with soul so dead,
Who never to himself hath said,
This is own my native land ?.
If there be, go mark him well.

অওইবামক মাহাক্না পোকপা অহু অরেম্বনি, পলেম অমস্নুং মপাম হায়বা অসিদি সোরারেনগী লাইরৈপাক্তগীস্থু হেল্লি হায়বা অচুম্বনি। স্বর্গ মুংঙাই হায়বদি উরুবা মী কনাদা হংনফম লৈতে। পোক্লফমগী

মুংশিববু খংত্রবদি মাহাক মীওইবগী শীংদগী হেন্দোক্নুনা জীবগী শীং ঙাওবা চন্দ্রবনি হায়না খংবনা চুম্মি।

## —জননী জন্মভূমিচ স্বর্গাদপি গরিয়সী—

তৌইগুম্বস্নুং ঐখোয়না হেন্না রাবদিঃ—মী কাংবু অমা লৈরি, মাখোয়না খংদনা য়াম্না অহে শাজনিংঙি। ঐখোয় মৈতৈগী অহে অশিং-গী মরক্তুনা মাতু খরা হেল্লি। মাখোয়না মপোকঙৈদগী মৈতৈলোনগী-দমক মিকুপ পুংজা অহুমদং কাইথোকপা ঙম্মিগদ্রা হায়বদি পুক্নিংদা চিংনবা পোকই, তৌইগুম্বস্নুং খংত্রবদি খংত্রিবা পোৎ অতুদা চিংনবা য়াই হায়বা খংনা খংনা ঐখোয়না মাখোয়দা তাকনিংবা খরা লৈ; মাখোয়না করিগুম্বা অমদা মরান হাপকে হায়না নিংলবদি মাতুগী মরান লৈ, লৈতে হায়বা হান্না খংদোকপা চুম্মি। মৈতৈলোনবু খরদং নৈনহুনা য়েংলুববা মীনা য়াম্নালাঙ্গনা ঐখোয়না হায়রিবা অসিদা থাজবা পোক্কনি, মৈতৈলোন অসিস্নু চাওখৎলবা লোন অতৈ অতৈগুম্না মীওইবগী অরা অনানচিংবা পূম্নমক পুবদা লাঙ্গনা ঙমলম্মে। মরমদি সংস্কৃতলোন্না বাঙ্গলা লোনগী অহানবা ইফুৎ ওইবগুম্না মৈতৈগীস্নু অরিবা লোনগী খম্বা হৈত্রবা ইফুৎ লৈরি। ভাগীরথী গঙ্গানা গোমুখীগী নাপোমদগী চেন্থরক্লগা লম্বীদা উপনদি ময়ামগা তিন্নহুনা ঈচেন মপুং ফাবগুম্না মৈতৈলোনস্নু নিংথিরবা সংস্কৃতলোন কয়া লাক্নুনা তিল্লরে। মাতুগী মথক্তা অর্থ অমত্তা ওইবা রাহৈ কয়া শাবা শালাই মথক্তা পূম্নমক তিন্নখিবগী মহৈ ওইনা পোকথোক্লক্লে, হাও কয়াগী লোন্না তেংবাংলে লোই কয়াগী লোন্না তিল্লরে কবোলোন য়াওরে, মীরৈপাকী লোন কয়াগা য়াম্নরে। অওইবমক মৈতৈলোন অসি চাওখৎপা চামগী মপু ওইহুনা লৈরে। তৌইগুম্বস্নুং মাখোয়না করিগুম্বা মরাল অমতং হাপনিংলবদি লোন্দদি নত্তে, মাবু লোল্লিবা মীশিং অহুনি।

অহুম অহুম ওইনমক, য়োইবু য়োইহেল তাল্লিবা শাবি-শানৌশা। পলেমগী অহানবা মায়থোং লাংশিনবা উবদা করিগী অরাতেংথানরিবা?

কবিগী নিংবা কান্নবগী অরাবা শোন্ন হোল্লুবা ? চীংনা কোয়না পনশাবা হাওনা কোয়না পনশাকপা মণিপুর সনা লৈপাক অসে রাখল্লু চাওবা কবিগী মতিক চাবা পোক্লফম্নি। বসন্ত ঋতুনা লাকপদা হৈন্নাং লৈন্নাংগী মপৈনা খোঁগংলবা খোইমু লাবা অমোমগী অন্নাম খৌন্নাংবা কোক্লন্নি। ইংলবা মলয়া মুংশিংনা লোইরোই লোইরোই শিত্তুনা তাইবং মৈচাক কোক্লন্নি। পামেল উফে লৈনা অয়াম্বা পোম্বী চেক্লা মপৈনা পলেমগী য়াকাইরোন শক্লি। শরৎ কৌবা ঋতুদা তাংথক নাইদ্রবা থাবুম্না নোংপোক মালং লৈতেংলি। লোইবী চীংখাং খুদিংদা তান্না কৌবা চেক্লানা তরেৎ শুবা খোম্থাংনা কোকিলশিংগা তেমশীংনন্নি। ন্নাক্লগম্মু শানৌখোয়, কনাগী মপাম লমদমদা ইম্নুংশোন্নানা তৈবদা কাকী লাম্বাওনা শীল্লকপা চরোই তেতুনা খোংলকপা মতমদা উনা তিংথৌগী মথক্তা সনাগী ইন্না হৌবগে। কনাগী পোক্লফম লমদমদা ন্নুম্মিৎনা চীংয়া পকপদা, তময়া কোন্নি চেনবা, কাওরেন শঞ্জন মতমদা সন্ধ্যার্ত্তি খোঞ্জেন্না মাইগৈ তন্না শিনবগে। ন্নাগম্মু নপাম লমদম মুংশিবনা নপান্নি নখোয় ময়াম্মু কাব্য কুঞ্জ তমনা খুজেং পালোইনবিন্নি। নংবু পোকপা পলেমগী চেংলৌ শকফম উরগা কবিগী কোলোই নিংশিংদ্রা ? নংম্মু মিৎস্না থম্বাল মানবা অত্তুদা তরংগী ঈন্না শিম্বত্তুনা কবিগী কোলোই খোম্বাংঙু :—

**O Manipuri stern and wild**
**Meet nurse for a poetic child.**

---

# কবি

ঐখোয়না তেংবানবা অসিদা কনাবু কবিনি হায়না খংহনা মহাকী খুয়াদা কবিগী মতিক চাবা খুদোল নত্রগা .লৈরাংগী খুজোক অমতংসু কত্তুনা পেল্লসিগে ফনা লুবা পাওখুমনি। মরমদি সংসার অসিদা মীওইবগী থম্মোয়গা লোয়ননা পোক্লক্লবা তাইবং মীনা তাক্ল-উক্লবদগী স্বর্গগী নিংথিজরবা অমরাবতীবু ওমজনবা ওইরবা কবিগী থম্মোয়গী অরংবা কাব্যকুঞ্জ নত্রগা কবিগী থম্মোয়গী লুরবা ইফুত্তগী চেস্থরকপা লাইরৈপাক্তা চেল্লবা মন্দাকিনী [গঙ্গাগী ঈশিংমুক লুরবা রাখনগী ঈচেন অহু কংনিংবা নত্রগা থক্লিংবা ঙাক্তনি। মসি হায়হনসু মীওইববু লাল্লি হায়রক্লবদি য়াদে। মরমদি [অফববু পাম্বা অমসুং মাহু কংনবা লাক্লবা হায়বা অসি মীওইবগী গুণ নত্তমা অরানবনি হায়রক্লবদি য়াদে। মরম অসিমক্তা ঐখোয়না কবিগী মশক খংবা ওমদহনা লমকাংলবা তাইবং-পানবা অসিদা লম্মুক্লরে। তল্লকপা নত্রগা নৈনরকপদগী কনাগুম্বনা রারেংগী লৈরাং পরেংদা মচন চানা রাহৈগী লৈরাং থেৎতুনা মীগী পুক্লিং শুম্মাৎনবা ঙমই। হৈশিংলবা কনাগুম্বনসু কবি অমমা শেমথিবা নাচোম য়েংলগা মাহুদগীসু হেল্লা নিংথিনা লৈরাং লৈথেৎ হাপ্তুনা অতোপ্পা অমবু ঙাওহনবসু ঙমই। হৈনিংবা কনাগুম্বা অমনসু মহোশাগী নিতিগী লীলা ফম্বাক্তা অনৌ অনৌবা পুক্লিং শুম্মাৎনবা ওইবা শকফম উৎলিবা অহু য়েংহনা খোৎচিলহৌবতদসু মীওইবগী থাগৎফম ওইহনা মপুক্লিং পেল্লবা ঙমই। পুম্নমক অফবা ঙাক্তনি। তৌইগুম্বসুং থাঙ্গৈশেংবা কবি হায়বা অহু মাখোই অসিরা ?

তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না লাইরিক থরা য়েংলগা ফজ ফজবা রাহৈ থরনা রারেংগী লৈরাং পরেং অনি মরিদং লেংহনা তাইবং মীগী ওক্তা হুকপিরগা নত্রগা মহৌশাগী নিংথিজবগী ফৌরোই য়েংহনা নিংথিরবা কোলোই মঙাতরাদং শক্তুনা মীগী পুক্লিং শুম্মাৎপা হেক ওল্লগা মাহাকপু কবিগী আসন থাহনা ঈরাৎপসি মহৌশানা পামদে।

ফেন্না থাগী অহিংদা শংবানবা অতিয়াদা ঙৌরুনবা লৈচিন মচেং অমতা য়োৌনা উথিদ্রে ; য়েংখি য়েংখিবদা মিৎকম তান্না তান্না শরৎ ঋতুগী লুপা মহী চেল্লবা থাবনগী মেংলবা মঙান্না মাইকৈ তন্নামক কুপশ্রে। লুরবা থাবনগী মায়ানা শুক্লৎখিত্থনা অয়াম্বা হৈরোং লৈরাং অপুম্বা মকা ফন্না শাৎকাইরে। মালংবনা লৈরাংগী ফৌরোই ইন্না মাইকৈ তন্নামক শীনবা থুংনা 'লৈনম য়েল্লি। লৈরাং লৈনম ফংত্থনা তেংবানবগী জীব অপুম্বা পুক্লিং তুজুং হরাওনরে, অত্থগা অমুক য়েংউ, কালেন থাগী মুমিদাংরাই মুমিৎনা চীংয়া থাংবদা নোংচুপ থংবা অাতিয়াদা মহী চেল্লবা স্নাগী মচুনা রাহৈনা ফোংদোকপা ঙমদ্রবা পুক্লিং হুনবগী মশক ওইরবা মুক্তি য়েক্তুনা কনাগী মগুণ ফোংদোক্লিবা! তুরেনগী তোর্ব্বান্দনি. য়াঙ্গংলবা তোরৈ খুদিংদা তুরেনগী লাইজ ঈশিংনা লৈনা জগোই শার-শারত্থনা মাবু শেম্বা মপুগী মগুণ শক্লিবা তোর্ব্বানগী নামিবা মলয়া মুংশিৎনা তুরেনগী অইংবা লাইজ হুমত্থনা ওলাংবনা চাক্লবা জীবগী থম্মোয় ইংনবা লারুরি। লোইবী চীংখাংদা তান্না কৌবী চেক্লানা পামেল উনাদা রাংনা তাম তাম হায়বা তাম্লবা খোঞ্জেলনা তেংবানবা মপুগী মগুণ শক্লি। অসিনচিংবা রাহৈ অসি শেমলুদ্রবস্তু মশানা নিংখিজরবা রাহৈনি। অত্থগা মাত্থ তাদ্রিবা য়েং-গন-থিগন্দবা কনাগুম্বস্তু অভ্যাসগী পাম্বৈনা ইরাই লাইনা মাসি ইবা ঙমগদবা ঙাক্তান। মরমদি মশানা পামজত্থনা মুংশিরবা পুক্লিং থৌগৎনবা ওইবা রাহৈ মঙা তরাদং ঙাংবসি নহাক্কী নতিক্লি ফজবা ফিদম থরা থংত্থনা মুংশিবা কোলোই অনি মরিদং ইবস্তু নহাক্কী নতিকনি। তৌইগুম্বস্তুং কাবগী লাইমরু। য়োবদা রাবা কাব্যগী পুক্লিং হুনবগী মশক ওইবা অমরাবতী অত্থদা নহাক্লা ননিং তম্না চংনিংবা মতমদা চংবা হেক ঙমগদবা হায়বা অত্থদি ঐখোয়না লায়না থাজবা ঙমদ্রে। মরমদি তম্বা, নৈনবা, উরু-তারুবদগী পোক্লকপা লৌশিংনা নংগী কবি ওইবগী থম্মোয় লৈকোন্দা লৈতেংলিবা রাথনগী লৈরাংবু ওলাংথাদা মতমচানা খিকপা নোঙ্গুম্না মকাফম্না শাতোকহল্লি হায়বমখৈদি চুম্মি,

তৌইগুম্বস্নং কবি ওইবগী নংগী প্রতিভা—মহোশাগী ওইবা লৌশিংগী পাজল অদুদি নংগী পুক্লিংগী মথা পোনবনি হায়না খাজরুবদি লাল্লি। করিনা নপুক্লিংনা নংগী রাখনবু শীজম্নবদি ওল্মি, নপুক্লিংনা নংগী পুকচেনবু কাওবা মখৈ লাংতক্লহনবা ওমগনি, তৌইগুম্বস্নং মহোশা হায়বী লাইরেম্বীগী লাইশংগী নিংথিজরবা থোং অদুদি মহাক্কী মচা ওইবা তাইবং মী পুম্নমক্তা চপ মান্ননা হাংদোকপিরম্মি হায়বদুদি ঐখোয়না হায়বা ওমদ্রে।

অদুগা কনাগুম্বনা করিগুম্বা অমা মথরায় শোক্লা নংডোন্দা হায়রবদি মাহাক্কী রাহৈ অদু নহাক্কী থম্মোয়দা পানবা ওমদ্রবস্নু মহাক্নম্বা মঙাতরাগী মথরায়দদি পানগনি হায়বা ঐখোয়না খাজে। মরমদি মীওইবগী চিনবান হায়বসি ঐখোয় মীওইবগী অরা মুংঙাইবনচিংবা কোংদোক্লবগী অখোইবা পাম্বেনি হায়বা অসি ফনা চুমদুনস্নু অর্থ লৈতবা রাহৈগী অর্থ অদু মীওইবগী থোরবা রাখম্না লায়না ফাবা ওমই। কবিগী পরীক্ষা তৌবস্নু অয়াম্বদি মাসিগা মান্নদরা? বসন্তগী অঙিং মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতমদা কোকিলশিংনা হৈনৌগী মপাল অপোম্বা থম্বোং থম্না উমদুনা পঞ্চমস্বর ওইনা কুহুকুহু হায়দুনা তেংবানবা মপুগী কোলোই শক্লি; কোকিলগী পঞ্চম স্বর তাদুনা অয়াম্বা পামেল উগী মপৈনা পুক্লিং তুজুং হরাউনা তরংলাইজা শিম্বরি হায়বসি পারুতারুদুনা ইবদি লায়না ওল্মি। তৌইগুম্বস্নং ঐখোয়না হংজনিংবদি কোকিলগী মঙাগুবা খোম্হাং অদু তাদুনা কনাগী পুক্লিংদা মপুগী মুংশিবা ফাওদুনা নাহাক্লা পাম্দম্লিবা পামেল পাম্বীশিংগী মতৌগুম্না মিংলুদা প্রেমগী থারা শিম্বরা ওম্বগে? নরৈপাক্কী ফনবা নরৈপাক্কী চাওখৎনবগী রাখল নোংমতস্নু খনবা ওমদ্রবা নহাক্লা মরৈপাক মুংশিহৈরবা কনাগুম্বা কবিগী মরা তমদুনা নংগী পোরুফম লমদমবু স্বর্গদগী হেন্না নিংথিজে, লৈপাক অসিদা পোক্নুনা লৈপাক অসিদা শিজগে হায়বনচিংবা লৈশিংলৈথোনবা রাহৈ মঙাতরাদং ইরগা করম্না অতোপ্পগী মথরাই শোকহনবা ওমগনি। ওলাংথাদা কনানা খোইখোই চেল্লবা

তুরেনগী তোর্ব্বান্দা ফমহুনা অঙাওবগুম্না মপুগী মুংশিন্নবা ঈপাক তম্না চেল্লিবা তুরেন্দা অমুক থোজিল্লুবা ঙম্বগে। কনানা মমাগী মশক উহুনা শিন্নবা মমাগী খোম্লাং অমুক অহঙ্কংদা নৌহৌনা থক্তুনা হা পলেম হায়না হম্না কৌজবা ফংহুনা পোকপগী মহে য়াম্নবগে? কাম্নদে পুম্নমক ওইদবা ঙাক্তুনি। কালেনগী অশাবা নিংথমগী অইংবা থাদোক্তুনা কনানা পৃথ্বীগী মুংঙাইবা পুম্নমক থোওইদবা ঙম্বগে। অহুগা নংনা মাহু করিগুম্বদগীসু ঙম্মুবো; তৌইগুম্বসুং নংগী রাহে অহুনা কনাগী থম্মোয়দা মুংশিবগী ঈচেম্না থুম্মৎহনবা ঙমগদগে; নংগী তৌশিন্নবা মিৎলুগী পী উহুনা কনাগী মিস্না থম্বালদা তরংগী লাইজা শিন্থবগে। পুম্নমক অরেম্বনি, কবিগী তাংলবা খুভম অসিদি নংগী পুক্নিংগী মখা পোনবা নত্তে; ঐখোয়না মথক্তা হায়খ্রে, নথরায় শোক্না হায়বা রাহৈতনা মীগী মথরায় শোকহনবা ঙম্মি। অওইবমক অরাবা মুংঙাইবা মুংশিবনচিংবগী লোন অসি নংগী রাখনগী মতুংইন্না তোঙানবা শকফম ওই। নংগী রাখন্না য়োম্লবা রাহৈ অহু তারবতদা তাইবংমীওইবনা নংগী নরা অহু তাহুনা পেম্নবা ঙম্মি। মরম অসিনা হৌজিক্তি ঐখোয়না কবিগী খুভম ফংবা অসি ঐগী অপাম্বগী মখা পোনবরা পোন্দবরা হায়বা অহু খংবা ঙম্লে।

অমরোমদা কবি হায়বসি ধ্যান তৌরিবা মুনি নত্রগা লাই তোংলবা মাইবীগুম্বনি। কবিনা রাখনগী ঈপাক্তা হেক তাউবা মতমদা মাহাক্কী থমোয়দা রাখনগী ঈচেন চামনা ঈচেন চাম চাম ফাংনা চেন্থরকই। মতম অহুদা রাখনগী ঈপোমনা প্নক্নিং থম্মোয়নচিংবা থুম্মৎখিহুনা মহাক্কী রা ঙাংথোক্লবগী পাঙ্গল মাংখি, নত্রগা লাইতোংবা মাইবীগুম্না মন্নী লৈতবা রাহৈ মঙা তরাদং ঙাংবা নত্তনা মাহাক্কী অতোপ্পা পান্থে লৈতে। মতম অসিদা কবিগী অবস্থা অহু য়েংবদি অরাবগী মশক্নি। রাখনগী ঈপাক অহুদা অনৌ অনৌবা ঈথক্না চাংজো তোর্ব্বান থংদনা হৌরকই, খুত্তা পায়বা খোরজৈ ভাখিবা থংহৌদে; হৌরকইবা রাখনগী ঈথক অহুগী মতিক চানা ফোংদোকপা য়াবা রাহৈ লাম্বা ফংদে। সংসারগী অরা মুংঙাইবগী মশক অসি মঙোন্দা অরাপ্পদা থোকপা

অহিংগী তন্দন্দগী হেন্না ঙান্না উদে। অদুগা মাহাক্না মপানগী লৌশিং হেক খংদুনা খোরজে খুত্তা হেক পাইখৎপদা মমাংদা য়েংখাইবগী পন চামনা হেক পস্বিংলে। মমাংগী হায়নিংবা পূন্নমক অদু মতম অদুদদি পুক্নিংদা নুংদা খুজিন্না খোৎপগী মমিদগী হেন্না তাহোদে। অদুদা অমুক্না কাব্যগী রারক কিবদগী কনাগুম্বা কবিনা হায়নিংবা চামস্ন থাদোক্তুনা তোকই। ওন্থোকপনি! কবিগী রাখনগী মতিকচাবা লোনবু ফংলম্নবদি কাব্যগী মুংশিবা কোলোই তাবমক্তদা কল্লবা মুংস্ন মহী চেন্নগদবনি। নত্রগা তাইবংপানবদা ঐখোয় মীওইবগী লোন অসি মপুং ফারে হায়দুনা জগোই শাবা ঙমজরমগদবনি। তৌইগুম্বস্নং অসি হায় হায়দুনস্ন মাহাক্তি—কবি অদুদি—মতম অদু ফাওবা তেংবানবগী কলক য়েক্লবা, মিংচৎপাম্বগী মিহৌবনচিংবদগী লাপ্না লৈ। শাস্ত্রদা যোগারুঢ় হায়দুনা ইকাই খুম্নরিবশিং অদুগী মরক্তা কবিস্ন শীংথানরুবদা খোইনা অরানবা থোক্কনি হায়বা নিংদে।

জিতাত্মনঃ প্রশান্তস্য পরমাত্মা সমাহিতঃ
শীতোষ্ণ সুখ দুঃখেষু তথা মানাপমানয়োঃ।

হায়বনচিংবা রাহৈ অসি তাইবংপানবগী মপু ওইবা ঈশ্বর নিংথিজবগী অমৃত ঈপাক্তা লুপথ্রবা কবিশিংদা অথোই অহেন নাইনা ফাওবা ঙাক্কনি। অস্নুন্না ঈশ্বরগী প্রেমগী মুংঙাইরবা ঈপাক্তা লুপথ্রবা মীগী মশক ওইরবা লাই অদুগী মফমদা অইং অশাবা অরা মুংঙাইবনচিংবা পূন্নমক অসি করি খংফম লৈবগে!

কবিগী মখল য়াম্মস্ন, খংদে, কবিগী তোংঙানবা পুকচেন লৈরস্ন খংদে; খংঙবস্ন খংত্রবস্ন ঐখোয়না তাইবংপানবা মপুগী থৌজান্না অসিগুম্বা থম্মোয় অসি ফংলস্বা মী অদুতবু মহৌশাগী ওইবা কবিনি হায়দুনা ভক্তিগী আসন থাদুনা ইরাৎনিংঙি। মাখোয়গী মফমদদি ধর্ম্ম হায়বসি অরাবা লাইনিং নত্রে মখোয়গী 'পুকচেল অদু ওলাংথাগী লৈরাংগুম থোৎলি, শোরারেনগী বজ্রদগী হেন্না কল্লি। মাখোয়গী আশানা বসন্তগী দুতগী মশক ওইরবা কোকিলশিংগী মতৌগুন্না

তাইবংমীগী থম্মোয় ঈংনবগী মশক্কি। ভক্তিনা অসিগুম্বা কবিগী থম্মোয়গী লৈকোন্দা কুস্বী কালেন থাইদনা শাংলবা লৈরাংনি, মাখোইগী থুয়াগী উফুল মরিক তাবতনা পৃথিবী অসি মীওইবনা লৈবা য়ারিবনি, নত্রবদি মশা ওইজবতা থিবগী মৈরি মরক অসিদা কনানা হিংহনা পানবা ঙমগবা, মথোয়না শীজিন্নথিবা মরম্না মীওইবগী লোম্না অরা মুংঙাইবা মতম পুন্নমক্তা মীওইবগী থম্মোয়বু পুকমেন পাও-মেন্নবা ঙম্মিবনি ; মুমিং থানা তাবিনবা ওইরবা মাখোয়গী কোলোই মপাও অতৈনা আশাবু তাইবংপানবা মপুগী মাইকৈদা ঈনশিনবিরবনি মাসিগা পান্দমনিঙাই তাইবংপানবদা অতৈ করি লৈবগে।

**The Nightingale I have sung many songs**
**But never a one so gay.**

*Tennyson*

---

# শিবা কিবা

জাতস্য হি ধ্রুবো মৃত্যুর্ধ্রুবং র্জন্ম মৃতস্যচ।
তস্মাদ পরিহার্য্যের্থে নত্বং শোচিতুমর্হসি।

মসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা তাকপিখিবা য়াহৈনি। অহুগা ঐখোয়স্থ নীতিগী উবা ফংঙি পোকপু পোক্লবদি শিবা লনন্ তোল্লে। নমাগী খোমলাং অমৃত থকলিবা অঙাংনরা অসি, তেংবানবগী অরা মুংঙাইবগী রাখল পুন্নমক মাহাক্তী পুক্লিংদা চংবা লৈত্রবা মথোক মকারকইবা পাথং অসি পুন্নমক নোংমা শোয়দনা শিরগদবনি। হে ইনাকখুনবা! অহিং মুংথিল অইং অশা অরা অনা থন্দনা নীতিগী লনলৈমগী সেবা তৌরিবা নহাকস্থ নংগী মুংশিরবা নরন অহু থাদোক্তুনা নোংমা শিরগদবনি। নংগা নক্লবা মী থোরক্লবা তাইবংপানগা নোংমা শোইদনা মৈতান্না রাথৈরগদবনি। হে লাইরবা! নংস্থ নংগী অরাবা

কনুনা খোইনম তেংথাৱম্বনু ; মহাকসু নোংমা মোংকমগী শম্যাদা হিপ্পনা নংগী অৱাবগী শিন্নাদগী শোৱদনা পোংথানৱগদবনি। য়োইবু য়োইহেনবা তাল্লিবা শানৌ মহাশা ! মখোয়সু চৎনিং চৎনিংদনা নোংমা নংগী মুংশিৱবা তাইবং মালং অসি থাদোক্লমহৌনা লাপঞৱা বৈতরণী লান্দুনা থমমুং মৱমদম নৱগা লাইৱৈপাক য়োৱগদবনি। নং, ঐ নৱগা হোংবা অহু চাওবা অহুগী রাদি লাপনবু থমখো সনা কম্বাল থক্তা কমহুনা লৈপাক রায়েল্লিবা নিংথৌৱেন অসি য়োনা মুংঙাইবা রাজ্যভোগ নৱগা নিংথিজরবা সনা সঙ্গাই অসি হুঞ্জেক্লমহুনা নোংমা শোয়দনা অমংগী য়াইথোং কুম্মগদবনি। অসুম্না পোকপূ পোক্লবদি শিবগী লমন্ তোল্লক্লে হায়বা অসি ঐখোয় পূম্নমক খংদবা অমতা য়াওদে। তৌইগুম্বসুং শোয়দনা থোকলগদবা মরৈরে হায়বা খংনা খংনা ঐখোয়না শিববু কিদবা ঙমদে।

থমমুং লাকপা যমনিংথৌবু ঐখোয় মী ওইবনা কিবা অসি পান্দম-নিংঙাই লৈতে। ফত্তবা অমতং পান্দম্নৱকপদা ঐখোয়না হায়—মহাক অসিদি যমকালহু মঙাইৱে। যমনা মমাগী মতম্বাক্তগী থোমলাং থকলিবা অঙাংহু মুন্দুনা পুই ; সতী ওইবা মুপীদগী মপুৱোইবা মুন্দুনা পুবা ঙম্মি। অসুম্না থাজনহুনা শাস্ত্রদা মহাকপূ ধর্ম্মৱাজনি হায়হুনা কনা থাগত্তুনসু ঐখোয়না যমনিংথৌবু কিদবদি ঙমদৱে। শমনা হায়ৱবদা মীওইবনা শিবদগী হেন্না কিবা অমা লৈতৱে ঐখোয়না শা কৈবু কি, মৱমদি মখোয়না ঐখোয়বু হাৎপা ঙম্মি। অৱা অনা অইং অশাবু ঐখোয়না কিৱিবা অসিগী মৱমবু শিবা কিবা নত্তনা অতৈ কৱি ওইফম থোকপগে ? থাদৈশেংবমক কিবা হায়বা পুকচেল অসি শিনিংদবদগী পোকপনি। শিববু কিত্রবদি ঐসু অভিমন্যুগুম্না ইতোম-দনা য়েক্লবা মাইয়োক্লহুনা ঐগী জাৎকী অমসুং লৈপাক্কী কননবা হোৎনবদা তুংওইনৱম্মোইদবনি। শিববু কিত্রবদি ঐসু ইপুৱোইবগী চাক্লবা শ্মশান্দা চোংশিল্লমগদবনি। শিববু কিত্রবদি মীনা ঙমদবা থবক কয়া তৌহুনা ঐবুসু মীনা থাগৎনৱমগদবনি। তৌইগুম্বমুং শিবা

কিবদগী ঐখোয়না থবক পূরমক্তা তুংইনবিকনি। অকিবগী মখক্তা অমুক কিনবা ঐখোয়না ঐখোয়গী শিবগী মতম অসি খংনবগী পাম্বে থিবা খংদ্রে। মীওইবগী লৌশিং, মীওইবগী রাখল হায়বা অসি থোৗরবা কবাক থাংগুম্বনি হায়বা অসি অমরোমদদি ফনা চুমি, তৌইগুম্বমুং অমরোমদদি থোৗবা লোইদ্রি মপুং কাদ্রি পাঞ্জিনা আয়ুদায়গী লাইথিক ফাক্কুনা কয়া হোৎলি—শনিনা য়ুম নিপান্দা লৈরে, নোংমাইজিংদা পোকপনি চহি ৮০ থোইরেম্নি অসুম্না ফনা তাক্লকুনসু ঐখোয়না মাহুবু থাঙ্গৈশেংনা থাজবদি ঙমদ্রি—মাহুমক্তনা শিগদবা কুইদ্রবা, যমগী দূতনা লুখুমদা ফমহুনা ঙাইরবমক্তদসু ঐখোয়না ফগনি হায়বা মাইববু মুংশিরি হিদাক লাংথক থিরি থোৗদো-লাংদো হোৎনরি। নশানা খোইদৌরা শানরি। পাঞ্জিগী রাবু শোইদবনি হায়হুনা থাজবা অসিবু কদাই ফাওবনো ঐখোয়না শোইদ্রে হায়বা খংবদি নাম শোন্দুনা গঙ্গাপ্রাপ্তি হেক লাওরবতদনি। শিগনি হায়বগী অওইবা তারিখ, পুং খংলবদি যম নিংথৌগী সোমোন পাও হেক ফংবমক্তদা অরাবা ফোঙ্গাই অমা লাম্হোক্কুনা মুংঙাইথোকফম অমসু লৈরমগদবনি। তৌইগুম্বমুং মাহুদি থোক্রে, মুমিৎকীসু তানবা মতমদি লৈ, বসন্ত লাক্লগা হৈরাং লৈরাংসু অনৌবা য়েনিং হুল্লি, শিবগী মতমদদি মথংদ্রে মমানা থোম্লাং পিথক্লিঙৈদসু যমগী দূতনা মচাবু মুন্দুনা পুখিবদা কনানা করি হায়রুগ-নি অমোনবা লৈগী শয্যাদা হিপ্লিঙৈদা ঙকশমদা রায়েনগী থোৗরীনা থুহুনা যমগী দূতনা বৈতরনী রাংমা লাম্না চিংঙবদা কনানা কদাইদা রাকৎলু-ফম আপীল তৌফম লৈবগে! ঙসি শিনি হায়বা কনানা পাওচেনবগে হুয়েং শিনি হায়বা কনানা পাওতাকপগে! মরম অসিমক্লা শিবদা কিবা অসি অমুক নৌহৌনা হাপকৎলে। শিনি হায়বগী তাংদাংবা খংজহুনা পুক্লিংদা অরাবা নাম্হোকচনবগী পাম্বৈসু উদ্রে।

শিনি হায়হুনা কিবা অসিগী মরম অচৌবা অমসু লৈরি, শিরে হায়রগা ঐখোয় মীওইবা অসি করম তৌগ্রবগে হায়বা অসিমসু ঐখোয়না খংহিকত্রে। শিরবদি অহুগুম্বা মুংঙাইবা ফংগনি অহুগুম্বা।

অহাওবা চাগনি, অহুগুম্বা নিংথিবা শেংকনি হায়বা অওইবা অরতুং তশেং তশেং খংলমলবদি শিনিংঙ্ বস্থু খংদে। কয়িনা শিরগা মুংঙাই-রগদবা অহু মিহৌরুহ্নুনা মুংশিবা পূন্নমক খাইনগদবগী মৈচাক অহু খরদং নেম্মোই হায়বস্থু কনানা খংবা তৌইগুম্বমুং মাহুস্থু মমলে। ঐখোয়না যমগী লৈপাক হায়বা অহুদি মুমিৎ থা থোক্তে, পুম্মম মম্মি হাঁয়না তাবা অহু কনা চুমলে। শিবগী মতুং অসিদি ঐখোয়দা পুম্মম মমগ্রে অহুদা ঐখোয়না অমুক্তা তাহিকলে—শিরগা ঐখোয়না পাপকী থবক তৌরুবা পূন্নমক অহুগী মতিক থোকপা চৈরাক ফংঙ্ ই—মৈ লিকপা মীনা মকোক্তা মৈ কম্বী থোঙ্গৎলে—নিংথম্বনা থক থক নিক্লে তৌইগুম্বমুং তিকহন্দ্রি যমগী হুতনা চৈ পায়রহ্নুনা ফুরি অমম্মুং তম্ভনা লাওরি। নিংথম্মু লহান নংনা হিংলিঙৈদা মৈ লিক্লকপা অহুগী মতিক ওকপা নহৈনি। অম্মুম্না কনাগী মবুক্তা অশাবা য়োৎশিংয়োৎনা লেংলি, কনানা মগুক্তা থৌরি থুহ্নুনা অমাংবা ফন্তবগী কোমদা হুম্মরি। অসিন-চিংবা তাইবংপানবদা তাইবংমী ওইনা পোক্লবদা পুণ্যগী থবক্তা তৌহ্নুনা পুল্সি লোমথিবা মীদি হুম্না হুম্না থারবদা কয়া গুগনি। অহুদা অসি পূন্নমক অসিগা তাশিল্লবদা শিববু কনানা কিরোইদগে, সংসারগী বিষয়া থাদোকগ্রবা ঈশ্বরগী নাম শোনবা, পুণ্যগী থবক তৌবনা মর্থৌ ওইরবশিংনা শিবা কিদে হায়নরিবা অহু করিনো! ঐখোয় হিন্দুনা পরলোক, লাইরৈপাক্কী ময়মদা থাজবা অসি ধর্ম্মগী মরীদা খরদা নম্ভনা স্নাম্না কান্নবনি হায়বা অসি থাঙ্গৈশেংবনি। ঐখোয়গী লাইনিংবশিংনদি শিববু করি কিফম থোকপগে ঈশ্বরগী খুয়াবু তানবনা মাখোয়গী মর্থৌ ওইরিবশিংনা ঈশ্বরগী খুয়া ফংবদি শিবদনা থোংনি হায়না থাজরবদা শিববু অমুক নৌনা কিরুফম লৈবগে, অহুগা কনা অমন্না শিবা কিদবগে —ঐখোয় হিন্দুগী ধর্ম্মগী লাইরিক্তা মপুং ফারবা লৌশিং পোক্লবা পণ্ডিত-শিং অহ্নুনা শিবগী কিবা অসি খরমথৈ নাম্মোকপা ওম্মি। করিনা মখোয়না থাঙ্গে—শিবা হায়বা অসিদি ঐখোয়গী পরত্মানা পঞ্চভুতনা শাবা হকচাং অসি থাদোক্লমহ্নুনা অনৌবা হকচাং অমদা চংথিবতনি।

ৰাসংসিজীর্ণানি যথা বিহায়
নবানি গৃহ্ণান্নি নরোহপরানি।
তথা শরীরাণি বিহায় জীর্ণা—
ন্যন্যানি সংযাতি নবানি দেহী।

হেক শিবদা ঐখোয়গী পঞ্চভূতনা শাবা দেহ হায়বদি হকচাং অসি তাইবংপানবা অসিগা মৈতান্না অরোইবা রাখৈনবা তারবন্তু ঐখোয় হিন্দুগী বেদান্তমচিংবা মপুং ফারবা লৌশিং পোল্লবা পণ্ডিতশিং অহনা শিরবন্তু ঐখোয়গী আত্মা অসিদি অমাংবা লৈতে হায়না থাজহনা শিবগী কিবদগী থরমথৈ নাম্হোকপা ঙম্মি।

নৈনং ছিন্দন্তি শাস্ত্রানি নৈনংদহতিপাবক:।
নচৈনং ক্লেদয়ন্ত্যাপোন শোষয়তি মারুত:।
..................................................................
নিত্য: সর্ব্বগত: স্থানুরলোহয়ং সনাতান:।

শিববু কিবগী অথোইবা মরম অমদি—তাইবংপানগী মুংঙাইবা। তেংবানবা অসিবু অরাবগী কুণ্ডনি হায়বা অসি কনানা হায়রিবনো তাইবংপানদা পোক্লিবা অসিগী মরম থংত্রবা, তেংপানবদা তেংবানবা মপুগী মপুক্লিং থংত্রবা নত্রগা পেনফম লৈরিবা পৃথিবীদা পোক্তুনন্তু অপেনবগী অমৃত মরীক অমতা থকপা ফংত্রবা, নহাক ঐহাকুম্বা থরনা তেংবানবা অসিদি অরাবগী মশকনি হায়রগা ঐখোয়না ঐখোয়গী রাখল শীজিন্নবা তৌদনা হেক থাজবা ঙমগত্রা! ঐখোয়না মরম অতৈবু থংদে, থংনবা হোৎনরুবন্তু কান্নদে—ঐখোয়না হংনিংই। তাইবংপানবদা পোক্লবা জীবনা অম্মুপ শিনিংত্রবা অসিগী মরম করিনো—অরাবগী মশক্লি হায়রিবা তেংবানবা অসি থাদোক্তুনা চৎনিংবা কনা য়াওবগে? অওইবমক তেংবানবা অসিনা মুংঙাইতবা মফম ওইরবদি লৌশিংগী অহানবা মঙান হেক ফংবমক্তদা তাইবংপানবা অসি থাদোক্লবা হৌ হৌ চোংনরমগদবনি। তৌইঙম্নসুং মসি হায় হায়হনন্তু তাইবংপানবদা

অরাবা লৈতে হায়রুবস্থ রাহৈগী অকায়বা থোক্কদকা লৈ। মরমদি অরাবগা মুংঙাইবগা হায়বা অসি মচিন মনাওনি হায়বা অসি ঐথোয় মৈতৈগী রাহৈনি। তৌইগুম্বস্থং অরাবগা মুংঙাইবগদি মচিন মনাওদগী হেন্না নক্কবনি ! মশা অমতনি—খুবাক খুমমগুম্বনি, অরাবা লৈবদগী মুংঙাইবা রাহৈ অসিগী কমকম লৈরিবনি। মুংঙাইবা লৈবদগী অরাবা রাহৈ অসিগী মিংকম তোপ্পরিবনি। প্রমান অমদা—অঙাংশিংনা লৈতান্না পুখম শাবদা অমরোমদা কুৎশিলহল্লগা অমরোমদা পোং-থোকই। কুৎশিনবা পোংথোকপা অহু নাইদ্রবদি অঙাংদস্থ নত্তে ঐথোয়স্থ পুখমনি হায়নিংঙোই. মাহু নাইদনা চপ মান্নবদি মাহু লৈতানগী লৈতান অহু মঙাই। অরা-মুংঙাইবস্থ অহু মঙাই। অরাবা লৈবদগী তাইবংপানবদা ঐথোয়না মুংঙাইবগী মহাও থংহুনা পেন্নবা ওম্মিবনি। মরম অহুনা তাইবংপানবা অসি অরাবগী মশক্তি, মাসিদা মুংঙাইবা থোইদিং মরিক অমতা লৈতে হায়বা অহুস্থ রাহৈগী অরানবা লৈ। ঐথোয়না ইচা ইশু মুংশিরি মরমদি মুংশিবদস্থ মুংঙাইবগী ঈচেন চেল্লি, ঐথোয়না তাইবং চিঙ্গাক অসিগী মহাও হুন্না হুন্না তংহুনস্থ পেন্নদ্রি, মরমদি চিঙ্গাক খুদিংগী মহাও অহুদস্থ মুংঙাইবগী ঈফুৎ ফাওরি। অস্থুন্না শেৎপা চাবদস্থ নত্তনা তাইবংপানবগী হিরম পুন্নমকস্থ মুংঙাইবগা য়েৎনহুনা লৈরি। মরম অহুনা পুন্নমক থাদোক্ক-দবা অসিদা ঐথোয়না মহৌশানা রাদবা ওমদে। হায়বদি শিবস্থ কিদবা ওমদে। অকে অনৌবা পাম্মিবা শাবি শানৌশা মাংদা পাক্লবা শকয়েং মিংশেন থাহুনা নশাগী নিংথিজবা হুন্না হুন্না য়েংজহৌ মাংগী য়েং তুংগী থাজদে, তুংগী য়েং মাংগী কাউথি মিৎস্না থম্বাল অহু পেন্নবা য়েংহুনা মুংঙাইজৌ মরমদি নংগী অস্থুপ নিংথিরবা নশা অসি নোংমা মৈদা কৎথোক্লগদবনি। শিনিংবা কনা য়াওবগে ? লাইরিক হৈবনা মায়ানি হায়হুনা নোক্কসমু মায়া অহু লৈত্রবদি মপুগী খুৎশেম কায়গনি। অস্থুন্না সংসারগী মায়াগী লাং অসিদা হেক থুবদগী শিবগী কিবা অসি অমুক হেনগৎলি।

অসিনচিংবা মরম অসিনা ঐখোয়না শিববু কিদবদি ঙমদ্রে তৌই-ঙম্বসুং ঐখোয়গী য়াহে অমসু অমুক লৈরি—মাসিদি শিবা কিথিদ্রে, থৌনা কথরে—শিবা কিদববু ঐখোয়না থৌনা ফবনি হায়না থাগৎনরি থাজৈশেংবদি মাসি থবক্কী অফ ফত্তগী মিংকম মতুং ইল্লি।" অফবা থবক্তা শিবা কিদ্রগা থৌনা ফবনি হায়না থাগৎনৈ, ফত্তবা থবক্তা শিনিংলবদি তৌবা ঙম্বনি হায়দুনা তাথিনৈ। শিববু কিদবা, অফবা থবক পুম্নমক্তা থৌনা ফবনা কান্নবগুম্না ফত্তবা থবক তৌবদা শিবা কিবসু কান্নদবা নত্তে। ঐখোয়গী নীতি শাস্ত্রদা করি হায়রি।

অজরামরবৎ প্রাজ্ঞো বিদ্যামর্থংচ চিন্তয়েৎ।
গৃহীত ইব কেশেষু মৃত্যুনা ধর্ম্মমাচরেৎ।

---

## মীওইবগী থবক অমসুং অতনবনা ৱাকাইবা

নহি কশ্চিৎ ক্ষনমপি জাতু তিষ্ঠত্যকর্ম্মকৃৎ।
কার্য্যতে হ্যবশঃ কর্ম্ম সর্ব্ব প্রকৃতি-জৈগুনৈ।

**I slept and dreamt that life was beauty,**
**I woke and found that life was duty.**

তাইবংপানবা অসি থাজৈশেংবমক মাহাকপু শেম্বা মপুগী মহৌশাগী ওইবা শিনসংনি। অহিংদা, মুংথিল্লা নত্রগা পুম্নিগী মিকুপ খুদিংমক্তা ঐখোয়না উবা ফংঙি—তেংবানবদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক অসি থবক অমা নত্রবসু থবক অমা তৌদুনা লৈবা ঙাক্তনি। য়েংউ, ইমুং শোরা হেক ঙানবমক্তদা অয়ুক্কী মেংলবা কোয়ৌহনবগী ঙাংঙ্রাবা তাইবং মালং-পান অসিদা সনাগী মহী চেল্লি মাহাক্তা লোয়ম লোয়ননা কাকী লাম্বাউ শীল্লি, চয়োই তেতুনা খোংলকই অয়াম্বা হৈয়াং লৈয়াংগী মপৈনা

কোরৌহনবগী পুকনিং হুনবগী মশক ওইরবা শকফম উহনা পুকনিং তুজুং হরাউনা লৈরাং লৈকাফম্না শাতোকলি। অয়ুক্কী নামিবা মালংবনা লৈরাংগী কৌরোই য়েংহনা অরাপ্পদা লৈগ্রবা থৌগংলবা খোইমুনা লৈরাংগী মপাও তম্মুরি। খোইমু লাবা খাংজেংবা লৈরাংগী কোলোই মপাও তাহনা লৈরাং লৈশীংয়ৈনা পুকমেন পাওমেম্নরি। পামেল উপালশিংনা মপুগী শিনসংদা মহৌশাগী অচেৎপা শিন্থা অসি উহনা তরং লাইজ শিন্থরি। অসিদসু নত্তে অমুক কোরৌহনবা অহনা নোংচুপ চীংয়া থাংখিবদা অহিংগী শংবানবা নোংমদোন থক্তা তাংথক নাইদ্রবা থাবুমনা থোরকলি। লোয়না লোয়ননা থরাম্মিচাক লিশিং লিশিংনা অহিংগী মালংদা লৈতেংলি। অসুম্না তাইবংপানবা অপুম্বনা মপূগী অহিংগী শিম্থা পাংনবা লাকনরি অসুম্না অমম্বা লোক্তা কুমথৌ অরাংবা লোইবী চীংখাংফংনা কাখৎলু উবা ফংগনি— থবক্কী ঈচেন অসি তাইবংপানবগী মফম পুম্নমক্তা চপ মান্নবা চেল্লি। পুম্নমক অসি য়েংঙু তারুরগা ঐখোয়না হম্না হম্না হায়নিংঙি তাইবঙপানবা অসি থাজৈ-শেংবমক মাহাকপু শেম্বা মপুগী মহৌশাগী ওইবা শিনসংনি। মনা কেল্লে য়েনিংহল্লে, মপান শাৎলে, মহৈ য়াল্লে, থবক্কী মতুংদা থবক মাসি অমুক পোৎথাবা লৈতে।

তৌইগুম্বসুং মাসিগী অর্থ লৌবা হৈতবা কনাগুম্বনা রাহৈ পুম্নমক অসি অরেম্বনি হায়হনা খৌশাদরসু য়াই। মরমদি, তাইবংপানবগী থবক্কী ঈচেন্দা খোং-খুৎ অপুম্বা চপ তিংথোক্তুনা তাওথবা ওম্মিবা মীওইবা ঐখোয়দা মথক্কী রাহৈ অসি অচুম্বনি হায়না থন্দবা য়াদ্রবদি অতনবা হায়বা রাহৈগী অর্থ লৈতবা থোকই। অহনদি তেংবানবগী অচৎচত্তা অপুম্বনা তৌরিবা পুম্নমক অসি থবক ঙাক্তনি। অতনবা ঐসু তেংবানবদা পোকলবা জীব অমনি মরম অহনা হৌজিক্তা হায়ব-গুম্না ঐনা তৌজরিবা অসিসু থবক্কী শিংদা থাবিদ্রবদি রাখল অরানবা থোক্তনি। ফনা চুম্বা রাহৈনি ঐখোয়না অমরোমদা রাহৈ অসি তাহনা ফনা নোক্লিংবা লৈহনসু মাসিবু লাল্লি হায়রুবসু ঙমদে।

অহু ওইরবদি অতনবা অসি করিনো মথক্কী রাহৈ অসিদগী ঐখোয়না খন্দবা য়াদবা থোক্লে। তাইবংপানবা অসিদা ঐখোয় মীওইবগী তোঙানবা তৌগদবা থবক খরা লৈ। মাহু তৌরগা মী অহুবু ঐখোয়না মরম ওকপনি হায়না থাগৎনৈ, মাহু তৌদ্রগা মী অহুবু অতনবনি হায়হুনা তুকচনৈ। অহুওইরবদি তেংবানবদা ঐখোয়গী তৌগদবা থবক্তি করিনো মাসিগী পাউখুম ওইনা ঐখোয়না অমুকস্তু হন্না হায়-নিংঙি তাইবংপানবা অসি থাঙ্গেশেংবমক মাবু শেম্বা মপুগী মহৌশাগী ওইবা শিনসংনি। মাসিদা মীওইবগী থবকনা লোম্বা নাইদে। কালেনগী ওলাংবা লোইগ্রে নিংথম চংলক্লে, নিংথম হৌগ্রে বসন্ত লাক্লে অস্নুম্না ঋতু তরুকমক মথং মথং হৌগ্রে, মথং মথং লাকলে ; তৌইগুম্বসুং তাইবংমীগী লোম্বা নাইদে অঙাং ওইরম্মি, পাথং ফারে, পাথং ওইরম্মি, অহনগী শীংদা চল্লক্লে তৌইগুম্বসুং থরক্কী ঈচেম্দি অমুক থকপা নাইদে।

অহুগা মীওইবগী রাহৈদা নত্রগা লাইরিক-লাইশুদা তাইবংমীগী পুন্সি অসি লানফমগা পান্দমনৈ। অকনবা লানফমনি। ঐখোয় মীওইববুদা হায়বা নত্তে, জীব অপুম্বগী পুন্সি অসি লানগা চপ মান্নে। অকনবা লাঙ্গাওনি। তাইবংপানবা অসিমক থাঙ্গেশেংবা মপুগী পাক্লবা লানফমগী মশক্লি। খুজিনগা-খুজিনগা, য়াগা-য়াগা, শমগা-শমগা, অকনবনা মায় পাকই, অশোনবনা মায়থী। মরমদি জীব ওইবগী হৌনবা মশাগী কান্নবা তানবা অইং-অশা, অরাম খৌরাংবনা মহৌ-শাগী য়েক্লবা ওইরিবা জীবশিংনা মশাগী ওইজবা থিদ্রবসু জীব ওইবগী হৌনবী কায়। অহুগা মীওইবনা জীব অতৈদগী হেন্দোকপা অমসু লৈরি। মীওইবা হায়বা খুবম অসি ফংননবগীদমক্তা মশাগী কান্নবসু অমুক থাদোক্তবা য়াদে, নত্রবদি মীওইবসু মখোং অনি পানবা জীব অমা নত্তনা অতৈ করি ওইফম থোকপগে? ওহোকপনি! বিধিব্রহ্মা-মকনা ফংবা ওমত্রে হায়রিবা মীওইবগী মপোক অসি অমরোমদা ওহোকনা রানা লৈগ্রে। অনিদা ঙাইজরবা মীওইবগী মখোং অসি ছি অনিদা থাহুনা লৈরে। মশাগী ওইজবসু থিদবা য়াদে। কৈগুমনা

লায়রকবদা শক্তিগী মথক্তা চোংশিন্দবা য়াদে হৌদোংশুয়া কোয়না কোয়না চত্নুনা নশাগী ওইজবা থিদবা য়াদে। অহুগা অমুক শিবি নিংথৌশুয়া চংজবরকবা লমথুমুবু কয়নবগীদমক্তা থুমু খরং অহুদা নশাগী শত্নম শেংহুনা পীজদবা য়াদে। হস্তিনাগী পীনহৈয়বা ব্রাহ্মন অহুশুয়া মমাংদা থিজরিবা অহুদা ঙাইরবা চাকলুক অহু অতিথিদা পীজহুনা মশানা অরাম খৌরাংবগী মৈচাক পুম্নমকস্নু খাংদবা য়াদে। অহুয়া জীব অতৈগী অমতা ঙাইরবা লস্বী অসি মীওইবগী থুবম হেক য়োবদা অনি থোক্নুনা লমফাং লিশিং লিশিং কাইথ্রে। কবিনা করি হায়— মীওইবগী পুন্সি হায়বা অসি তৌগদবা থবক্তা শাগ্রংখিবনি—য়ামা চুম্বা রানি। থবক্তা হেক লেপ্পা মুমিত্তা মীওইবনা মাখোয়গী মীওইবা হায়বা অহু তোক্নুনা শিবা হায়বা অহু ওই।

অহুগা অমুক মীওইবা হায়বা অসিদি শোন্নবা জীবনি—নোংদম্বা বিধিনা মীওইবদা অথৌবা খুজিল, অথৌবা ময়া, অতুম্বা মচি নত্রগা জীব অতৈগী মথক্তা থুদম চনবা য়ানবা মতিক ওকপা পাজলস্নু পীবি-রমদ্রে, মাহাক্কী লৌশিংদনা মাহাক্কী হিংহুনা পান্নবগী অথোইবা থুংলাইনি। নোংদমথৌবা বিধাতানা তাইবংমীদা মাহাক্কী লৌশিং অমস্নুং রাখন্দা পীবিরগা নখোয়না জীব অতৈগী মথক্তা খুহুম চন্নু হায়না মথং অসিমথৈদা পীবিহুনা লমফাংলবা অইবং মালং অসিদা থাদোকপিরক্লে। তৌইশুমস্নুং অসি হায় হায়হুনস্নু মোদম্বা মপুবু তাথৌরুগনু। ঐখোয় মীওইবগী লৌশিং অমস্নুং রাখল হায়বা অসিদি অস্নুপকী মতিক থৌই; শম ফাওবা মশুং লিশিং থোকনা থায়বা য়াই। মরম অসিমকনা মীওইবনা জীব অপুম্বগী মরক্তা অমতা ওইবা কম্বাল তোংহুনা মাখোয়গী মকোক থোংবা ওম্মিবনি। লৌশিং অমস্নুং মাখোয়গী নুরবা রাখলগী পাম্বৈনা মাখোয়না হিংহুনা পান্নবগী মরমদা অচক অওকপা উপায় কয়া শেম্মি। অমতনা শুমদবা অহু অয়াম তিম্নরগ, ওমই হায়বা খংহুনা মাখোয়না মাখোয়গী জাৎমথৈ তিত্রদগা তাবা হৌই। মাসিদগীদা মখোয়গী মথক্তা হায়ত্রিবা তৌগদবা মখল

অনি অসি থোরকই। মতুং অসিদদি ঐখোয়গী তৌগদবা য়াম্মনখিবনা শাংলবা পুন্সি অসিদা কোম্নবা ঙমদ্রে।

মরম পুন্নমক অসি মুন্না খল্লুরগা ঐখোয়না খংবা ঙমলে। অসুম্না ওইরবা মীওইবা ঐখোয়না ঐখোয়গী হিংহুনা পান্নবগী থবক পুন্নমক অসি তৌদবা য়াদে মাহু পাংনবা লাকনরগা নংবু ঐখোয়না মরম ওকপনি হায়হুনা থাগৎকনি। অহুগা মাহু তৌনিংদহুনা লৈথোক্লগা নংবু অতনবনি হায়হুনা ঐখোয়না তুকচগনি। অতনবা হায়বা অসি মহৌশানা ঐখোয় ভাইবংমীগী হোনবী কায়গনি হায়বা অসি নখোয়না খংলে। তৌইগুম্বসুং মাহুতা ওইরবদি থরবু ফরি। করিনা, ঐখোয়দবু কায়বিরক্রবদি মহাক্লা মপুংগা ঈশ্বরগী মকমদা কায়জবদি কায়জসনু হায়বা য়াররমগদবনি। তৌইগুম্বসুং মসিনা ঐখোয়দসু কায়বা লৈরি। ঐখোয়না অইং-অশা অহিং মুংথিল থাম্নদনা অসুপ কম্না নোম্মিবসিনদি ঐ, ঐগীদি থোইনা অরাৎপা লৈরোইদবনি। ঐ, ঐ, অমমমনা অরাৎপা লৈত্রবদা ঐখোয় জাৎ অমদা অমুক করি রাৎফম লৈবগে! অহু নত্তনা ঐখোয়না শক্লতেকনা নোম্মবমক্তদা চাবা ফংদ্রিবা, শেৎপা নীংবা থুংদ্রিবা, অসুপ কম্না মেল্লবমক্তদা ফুনবা নাইদ্রিবা অসিগী মরম করিনো! নহাক অমসুং নহাক্তম্বা অতনবা থরগী কৃপাননি। ঐনা ঙাইহাক নোমজরগা নোমজমনগী পোত্থাবা ফংজগদববু ঙাইহাকী মহুত্তা মিকুপ পুংজ থায়দনা নোমহুনসু পোত্থাবা তাঞ্জবা ফংদ্রিবা অসিগী থৌজান্ননি। ঐখোয়না কালেনগী মুংশা; রাকচীংগী উন থাংহুনা নোমলগা নংনা হৈরাং লৈরাং, মনমনা চুরবা তেরাগী অমোনবা মোন-পাক্তা হিপ্পগা ঐখোয়গী করি অরা পোত্থানফম থোকপগে! ঐখোয় মশেন অমগা অমগা মানা মানা ঙম্বা নোম্নসি হায়হুনা তিল্লবা মীওইবগী জাৎতা নংনা মাহু তোক্লবদি রা কায়বা হৌববু কনাননো অসুম্না হায়বা ঙম্নবদি ফগদবনি—নোম্লিংবা নহাক নোম্মু—কালেনগী মৈচাক থাংহুনা লাঙ্গোল য়োৎলম ফাৎলু, য়োৎলৈ নোংথাং শাও, নিংথম থাদা হুমাং লাইজ থোক্লা লৌরাং শু, অতনবা ঐদি হৈবোংগী মথাদা হিপ্তুনা

লাইনা তম্বা ঙাইজগে। লাইনা থাদবিরক্লগা চাগে, নত্রগা অরাম্বনা শিজখিগে নংনা করি লাম্বিরুগদগে, তৌইগুম্বস্নুং নহাক্তি মাহুম তৌবা ঙম্মিবরা, নংদি লোম্না, মীনা খংদনা, রাখন থেনবা মীনদি লাম্বা ফংদনা হোংবা অত্নুনা উবা ফো চারি চাউবা অহুনা শাবা কি শেংলি। ঐনা তুমদ-হিপ্তনা নোমহুনা ইহৈ-ঈশিং তমজরি মাহুনা ঐনা ঙম্বমখৈ ঐখোয়না হিংহুনা পান্নবগী মরীদা খুদোংচানবা লাক্লরি। অহুগা নংনদি লোম্না, মী খংদনা, পোংথি লৈতবা মীনা লাম্বা ফংদনবা তৌহুনা হায়রি নংনা নহৈ নশিং তমহুনা তরাগী খুদোং চানবা লম-শিনবিরি, লৈপাক্কী ফনখা তৌহুনা মীগী ইকাইখুম্নবা ফংলি। ঐদি অতনবনি অপংবনা মমহুনা লৈজগে নংনা মাহুগীদমক ইকাইবীক্লরিবা করিগীনো তৌইগুম্বস্নুং নংগুম্বা ঙাক্তা ঙাইরবদি ঐখোয়গী জাৎ অসিমনা কয়া মীখা পোনবা তাবগে হায়বা অহুদি নহাক খংবরা? নংনা হায়রি—ঐনা পংহুনা মিংউইশিন্দুনা লৈজগে নংনা করিগী মম্বিরুবগে ঐগী খুরাইদা ঐনা থাংতেকনা য়েজগে, নংনা নাবিরুরিবা করিগীনো? তৌইগুম্বস্নুং মাহুদি নত্তে, নংদি মীনদি উদ খংদনা ঐখোয়গী অহাওবা শরুক মুংঙাইবগী শরুক পূম্নমক নশানা য়েন্নহুনা লৌশিল্লি। অওইবমক নহাক্তি হুরানবগা পাংখকনি। ঐখোয় মীওইবগী মরাম্না মরুপ অসিদা রা কায়বা হৌবদি নহাক্লি। নহাক অমস্নুং নহাক্নম্বা অতনবা খরা লৈরমত্রবদি ঐখোয়গী জাৎ অসি পান্ন-শান্না পানবদা করি য়েখাইফম লৈবগে।

ফরে, ঐখোয়গীদা মাংহুনা নংগী কান্নজরবদি ফরমগদবনি। মরমদি পুকচেল চাউবা ঐখোয় মীওইবদি মশাগী মাংগদবা উহুনস্নু মীগী ফগদবা লৈরবদি মুংঙাইথোকপা হৈ। নত্রগা ঐহাক হুমাংনা শমলাং মচুম তানা নোমজগে, রাহুনস্নু রাই কৌবদা হায়জরোই, য়োং-লৈ জগোই শাহুনা চানবা লাংজগে, নংনা ফরাংজি ফিদা শন্দোক্নুনা অরাং-অপা কৌহুনা চাবিয়ু চরাবু হেন্দ্রবদি ঐ শাওজররোই। অহু নত্রগা অরা-অনা খন্দনা অইং-অশা কিদনা নারক শীংলক খংদনা

ইমুংগী ফিরোই তান্দুনস্থ শেৎচয়রোই। নত্রগা অরৈবা শেস্তুনস্থ ইকাইজররোই। নংনা পাল্লবা ফিরোইবু চামরক শুত্থনা নীং মাং হন্না য়েংত্থনা চৎলু ; নংনবু ইকাইদ্রবদি ঐদি খোংদাই শেস্তুনা ইকাইবা ঙাকনরগে। শিনি হায়ত্থনা চারিবনি, ইকাই হায়ত্থনা শেৎলিবনি। শিবু শিদ্রবদি চখোকপবু য়ারবদি ঐ থক শাওজররোই। তৌইগুম্বস্থং মাত্থতস্থ নত্রি, অতনবনা নশাদস্থ কায়বা লৈরি। নংগী নশা নউ নিংথিবা উত্থনা ঐখোয়না নহাকপু নোংমা লাইগুরুগী সেবা ঙমলুরগনি হায়ত্থনা হৱাওরম্মি ঙসিদি অতনবনা নহাকনা নপাঙ্গনগী শীজিন্নফম থংদত্থনা মীগী মপোৎ হুরান্দুনা চাররে। নহা ওইরিঙৈদা নহাক্কী বুদ্ধি ফবা উত্থনা ঐখোয়না নহাকপু নোংমা লৈপাক্কী মাইরোং ওইররনি হায়ত্থনা হৱাওনরম্মি ; তৌইগুম্বস্থং ঙসিদি অতনবগী মরমনা নহাক্কা চেং মুষ্টি অমওংগীদমক মীগী মখোং পায়ত্থনা লৈরে। অস্থুম্না অতনবগী অহানবা মরুম হেক লাংবমক্তদা মীওইবগী পুন্সি অত্থনা অরেম্বদা মাংঙি। An idle mind is the workshop of devil হায়বসি ইংরাজী পাওরৌ য়.ম্না অচুম্বনি। অশেংবা পুক্নিং অত্থ অতনবনা হেক খুত্থম চনখিবদা পুক্নিং অত্থ মাংখিবগা 'লায়ন লোয়নন। হকচাং থৱাই অপুম্বা পুম্নাং মাংমিন্নখি। অঃাংবা থোপ হায়বসি মহৌশানা পাপকী ৱাথনগী ঈরৈগী তুংনফমনি। নোংদম্বা ঈশ্বরনা নঙোন্দা মিৎ পীবিরম্মি ; নংনা মিৎ অত্থ উফুল চাইশিঞ্জত্থনা তাংত্থনা লৈরে। তেংবানবা মপুনা নংঙোন্দা নাকোং পীবিরম্মি. নংনা নশানা ননাকোং অত্থদা অঙাংবা য়োৎশিংয়োৎ থিংজিঞ্জত্থনা পংত্থনা লৈরে। ঈশ্বরগী থৌজান্দগী নহাক্কা থবক ঙম্নবা নখুৎ অনি ফংজরে. নহাক্কা নশানা অথৌবা ছোরিনা নখুৎ অত্থ ককথস্তুনা ফমত্থনা লৈরে। অসিদগী হেন্না কায়বা অমুক করি লৈরিবগে!

মাত্থনা থোকপদি, অস্থপ মুংঙাইরবা তাইবংপানবা অসি অয়াম্বদা লোইবা ঙাইঙমদ্রবা মুংঙাইদ্রবা লীলাগী মওং ওইররে। শিসি শিঙমদে, হিংসি মুংঙাইফম থংদে। চানবা, পুকৈ চোল্লি, শেৎনবা

ফিরুক থল্লি। 'তৌইগুম্বস্নুং অতৈ পূম্নমক ইথঙ্গ থম্না মপুক্লিংতদি অহোবগী মতৌ ওইদুনা লৈ। অহিং-মুংথিল, মথং মথং হৌদ্রে, চংলক্লে মুংঙাইফম কদাই অমম-অঙান, অইং-অশা কয়া কয়া ওল্লে! তৌইগুম্বস্নুং মুংঙাইফম কদাই মহৌশাগী মুংঙাইবগী ইপোমনা চাংজৌ থুম্না চেল্লি; তৌইগুম্বস্নুং পুক্লিংগী হৈনিংবদি কদাই! থবক লৈভবগা মাম্নমা রাবরু অমুক করি লৈবগে; অসিগুম্বা মতৌ অসি হেক উবদা ঐথোয়না হায়নিংঙি তনগন্নু, তাইব পানবা অসি থাজৈশেংবমক মাবু শেম্বা মপুগী শিনসংনি। পূম্নমক অতনবনা কায়বনি। থবক তৌবদা মহৈ য়াল্লোইগত্রা হায়দুনা করিগী কিরুবা "যদি যত্নেকৃতে ন সিধ্যতে কো ত্রদোষ" থবক্কী মহৈদি মরাইনা লাকচবনি।

**Time will bring your reward**
**Then work, work, work.**

অসিদম্নু নত্তুনা অতনবনা অমুক করি কায়রি? মমাংদনা হায়গ্রে, —অতনবা হায়বা অসি মহৌশাগী হৌনবী কায়রবা মীওইবগী চাওরবা মরান অমনি। অতনবনা অমুক করি থোকই, মুংঙাইরবা তাইবং-পানবা অসি অত্তুগুম্বা মরাইবক থীবা অমগী মফমদা উপাল রাপাল হৌদ্রবা চাক্লবা লৈকংলাগী মতৌগুম্না অরাবগী মশক ওইনা উবস্নু য়াওই। অমস্নুং নোংদম্বা বিধিমক্না ফংঙমদ্রে হায়রিবা মীওইবগী মপোক অসি ফংদুনস্নু মাথোয়না মাহাক্কী মুংঙাইফম থংদে। মুমিং তারে নোংঙাল্লে, ঘড়ীগী পুংজানা অমা অনিদগী হৌদুনা কয়া য়ৈগ্রে। তৌইগুম্বস্নুং মাথোয়গী মপুক্লিংদা অমুক হৈনিংবা পোকপা লৈতে। শরৎ বসন্ত নিংথম ওলাংথানচিংবা ঋতুনা হম্না হম্না লাক্তুনা হম্না হম্না চৎগ্রে। ঋতু ঋতুগী মতিক চাবা মুংঙাইবা, মুংশিবগী পোৎলুম চাম চামনা তাইবং পুক্লিং থৌগৎনরে, তৌইগুম্বস্নুং মাথোয়গী পূক্লিংদি মতম পূম্নমক্তা ময়োল চোংবা নাইদ্রি। তেংবানবগী মুংঙাইফম ওইবা হরাও-কুম্মৈ, ইশৈ নোংমাই, মরুপ-মপাং, লাইরিক-লাইগু পূম্নমক অসি মাহাক্কী হোরবা পুক্লিং অত্তুদা অমুক চংবা লৈতে। মাহাক্কী

মফমদা পূম্নমক অহোবগী অহোবা ঙাক্তা ওই; মাহাক্কী মিৎয়েংসু অহোবনি থম্মোইসু অহোবনি, রাখলসু অহোবনি। মহাক্কী অহোবা চিনবান্দা অহোবা মীনোক নত্রগা অহোবা মীকপ করিগুম্বদা উবা ফংলবসু মাতুগী অর্থ থোইদোকপা লৈরমগনি হায়বা ঐথোয়না খংদে। বসন্তগী মলয়া মুংশিং নাম্বিনা য়ৈরগা নংগী চাক্লবা থম্মোই অতু ইংনরি; করিগুম্বদগী করিগুম্বদা নংনা নিংবা কায়বা মরম অমনা নথরাইদা য়োনা নিংদরবমকসু চীংয়া পামেল য়ৈনা খোংবা তামনাগী তরেৎশুবা খোম্থাং নত্রগা তাইবং পুক্লিং থৌগৎনবগী মশক ওইরবা হৈরাং-লৈরাং অমগী মুংশিবা মনম অমা হেক নম্মুবদগী পুক্লিং মমাই হেক ওন্দুনা অঙুক নৌনা হৈনিংবগী লমদা চংখিবসু খংদে: তৌইগুম্বসুং ঐথোয়না হায়রিবা মরাইবকথীবশিং অতুগী মফমদদি পূম্নমক অমতনি। মাহাক্তি মশামক্তদা মুংঙাইফম হায়বা অতু লৈত্রবনি, মপানগী মুংশিং, হৈরাং-লৈরাংনা মাগী পুক্লিং করমনা থৌগৎপা ঙমগনি। মাহাক্তি মশাগী অমম্বনা মশা অপুম্বা কুপ্নুনা লৈরবনি, মপানগী করম্বা মঙাম্না মাহাকপু মঙাল পীবা ঙমগদগে। মাহাক্তি মথোক মকারকপা মতমদন' হনুবগী শীংদা চন্দুনা লৈরবনি, করম্বা হরাও-কুম্মৈনা মাহাক্কী পুক্লিংবু থৌগৎপা ঙমগদগে মাসিগী মরম করিনো, মরম অতৈ ঐথোয়না খংবা লৈতে—অতনবতনি। শুনিংলবদা ওকপা লৈত্রবা মতমবু করিনা লেনবদা রাফম থোকপগে অতনবতনি। মুংঙাইবগী ইপোমনা সনজিং নাপোম থুমনা চেল্লবা তাইবংপানবদা নংনা অরাবগী শোর হোনফম করি থোকপগে--পূম্নমক অতনবত্তনি। নংনা মুংঙাইবগী অর্থ নিংথিনা খংলমলবদি অতনবা তোক্কুনা থবক্তা খুৎথিংজিল্লমগদবনি। নংনা মশা ফবগী কান্নবা চংখোম্না খংলমলবদি অতনবা হায়দোক্কুনা থবক্কী মরমদা মায় ওনশিনল্লমগদবনি। নংনা তেংবানবা শেম্বা মপু ঈশ্বরগী পুক্লিং নিংথিনা খংবা ঙমলবদি অতনবা পামদহুনা থবক্তা মায়পুনরমগদবনি। নংনা তেংবানবদা মায়পাক্লিবা নত্রগা তাইবংপানবদা অচৌবা খুবম

কংলিবা পূম্নমক অসিগী মরম মুম্না থংলম্লবদি পায়ত্নুনা চংলিবা মতমগী ঈচেনবু থবক্কী পম্না থিংলমগদবনি। মৈতৈনা হায়নবা অমা লৈ, মতম কুইনা থঞ্জরক্লবা পরুরা মচা অমদা মাহাক্কী ওঝানা শিরমদাই য়োৌরবতদা লাইরা অমা তাকপিরম্মি, মাত্তুদি—তনগম্নু, অওইবমক তাইবংপানবা অসিদা মায়পাকনবগী মরমগী অথোইবা লাইরাদি - তন্দবতনি।

---

# মিন্নুংশি

ঐথোয় মৈতৈগী মিন্নুংশি হায়বা য়াহৈ অসি মীওইবগী পুকচেনগী মরক্তা ওলাংথাগী য়াচংবদা শাংপা লৈরাং মালিকাদগীসু হেন্না থোংলবা পুকচেন্নি। মাসিনা মীওইবগী থম্মোইদগী হেক চেস্থরকপা মতম অত্তুদা মীওইবগী কল্লক য়েক্লবা অশাওবর্নাচিংবগী য়ারক পূম্নমক কাউত্নুনা মতম থরদি লাইরৈপাক্তা পোক্লবা জীবগী মওং ওই। মাসিনা নুংশিবগসু তিন্নদে; নুংশিবনা নুংশিবগী মফমদা থোক্তবদা চান্নবগী খুদোল কংপা অসি মহৌশান। তৌনিংদে। ঐবু নুংশিবা মী অত্তুবু ঐনা নুংশিবা ওম্মি। তৌইগুম্বসুং অতোপ্পবু কনানা মরম লৈতনা নুংশিরুবা ওম্বগে; শকগুণাচিংবনা লৈতেংবা মী উরগা মহৌশানা ঐথোয়গী পূক্লিংদা নুংশিবা পোকই। তৌইগুম্বসুং শক গুণ য়াওদ্রবা নুংশিফম মরম অমতা থোক্রুবা মী অত্তুদা কনানা নুংশিবগী কোলোই শক্লিংবগে! মাসিগা থৌজানগসু খেন্নে। থৌজান্না মহৌশানা থৌজানবদা মতিক চাবা মফমদা থৌজানগী পাম্বোম তিংথোক্তুনা কোনবা পাম্মি। থৌজান্না মতম পূম্নমক্তা চেন্দবা ঈশিংগুম্না থৌজান হৈবা মীগী থম্মোইদা তুংত্নুনা লৈবতনা মথৌ ওই তৌইগুম্বসুং ঐথোয়গী মিন্নুংশি হায়বা অসিদি থাঙ্গৈশেংবমক নোংনা মমগ্রবা অহিংদা নোংথাংকুপ্পনা লম্মাং-নরবা লংকৈ চংপা মীদা কান্নবগুম্বনি। মাসিগা চান্নবগসু মান্নদে।

চান্নবা হায়বা অসিনা তোৎনকনবদগী পোক্লকই। চান্নবনা চান্নবগী লেঙ্গোন্নবা চিনগা চিনগা, পান্থোমগা পান্থোমগা, মাইগা মাইগা, মিৎকা মিৎকা, তিন্নরগদা মুংঙাইনৈ। তৌইগুম্বস্নুং ঐখোয়গী হৃদকী মিন্নুংশি হায়বা পুকচেন অসিদি তোৎনবস্নু থিদে, তিন্নবস্নু ঙাইদে। লমলানববুস্নু চান্নবা মরুপকুম্না কোন্নবা পাম্মি। মাসি থাঙ্গেশেংবমক নৌবদগীস্নু নৌরবা, থোৎপদগী থোৎলবা ওলাংথাগী মাকমৈদা শাৎলবা লৈরাং মালিকাদগীস্নু হেন্না লুন্নবা পুকচেন্নি।

থৌজান হৈত্রবা ঐনা লম্বীদা ফমলিবা চাকনিবনা চেং খুয়া অমতংগীদমক লম্বীগী মুংজ্রেং মরক্তা তাতুনা মালেম লৈতানবু লায়না থৈতুনা চৎপা ঙম্মি। থৌজান হৈবা নহাক্না ঙমজবা খুদোল লান্দুনা থৌজালগী মগুণ উৎলরি। তৌইগুম্বস্নুং থৌজান হৈবা নহাকস্নু থৌজান খংদবা ঐহাকস্নু মাহাক্কী মক্লবা মাইথোং, অরাবগী খুৎহাই উত্থুনা পুক্লিংদা মুংশিবমথৈ ঙম্মি। ঐহাক অসি চরা নামা শোইরবা অতোনবনি হায়বা কনানা খংবিবগে! মরম অসিনা মিন্নুংশি হায়বা রাহৈ অসি থৌজান্দগীস্নু হেজিন্না মমুং চনশিল্লি। মাহাক্কী অরাবা অতু উত্থুনা মতম অতুদা ঐগী থম্মোয়গী লাইয়ুম অতুদা মিন্নুংশি হায়বা পুকচেন্না থৌজানগা খুজেং পালোইননা লৈতবগী পাম্মুবা, অরাবগী অকিবা পুন্নমক মিকুপ থরদং পুমকাও কাওহল্লি। মুংশিহৈবা নহাকনা নংগা মুংশিনরিবা অতুগা নাপচিক্না মুংশি কোলোই ঙাংনরিবা অতু ঐনা করি থিরুফম লৈবগে! নবিঙানিগী মুংঙাইবা নবিঙানিগী অরাবা নবি-ঙানিগী নরননাইনি। তৌইগুম্বস্নুং নখোয় অনিগী থম্মোয়গী মরক্তা থাইনবগী মৈনা লমজাও থোন্না হেক চাক্লক্লবা মকা ফল্লমলবা মাইথোংদা অরাবগী খুদমনা হেক চোংথোক্লক্লবা মতমদা ঐগী করি মরি লৈত্রবস্নু নখোয় অনিগী অরাবদা রাবিতুনা অতৈ করিমক ঙমদ্রবস্নু মুংশিবা কোলোই মঙা তরাদং শকুনা ঐগী মমল য়ামলবা মতম মাংহনবদস্নু ঐনা থোইনা লিকপা পাম্মুদে। মাতুগী মরম অতৈ করিস্নু লৈতে, মুংশি খংদ্রবা ঐস্নু মিন্নুংশি য়েংবা ঙমদতুনা লমজা পুরিবনি। ঐ অসি

মহৌশানা তোপতোপতাবা মীনি। কনাগন্থ চান্নবা হৈতে ; অতোপ্পন্থ ঐগীনি হায়বা লুরবা পুকচেন অসি নোংদম থীরবা বিধাতানা ঐঙোন্দদি তন্বিরমদ্রে, তৌইগুম্বন্থুং পোকপদগীন্থ উনদ্রিবা নহাক্না করিগুম্বদগী অরাবগী ঈপাক্তা তারবা মায়কৈ চাম হন্না য়েংবদা পান্বে উদ্রবা ভুমাং হনবদা চাংজৌ ফংফম থোক্রবা মতম অদুদা নংগা চান্নদ্রবা ঐহাক্না অতৈমক ঙমদ্রবন্থ চান্নবগী পান্বোম তিংথোক্তুনা অনৌবা আশামথৈ পীরুবদা লিরিংদে, মরমদি নংগা চান্নদ্রবা ঐহাক অসি মীগী মীন্নুংশি য়েংবা ঙমদতুনা লমজা পুরিবনি। ঐদি পুকচেন কনবা মীনি, পোক-পদগী থৌজানগী মরিক অমতন্থ ফংলক্তে, ফংলরুবন্থ মাতু ঙমদবা অতোনবগী মওং ওইনা লৈরে ; অতুগা নংবুদি ঐনা নুংশিবগী খুদোল পীনিংবন্থ লৈতে ; নংগা ঐগা রাশিাতন্নবা মীওইন্থ থোক্রে। অরেম্বনি, লৈম য়েংলিঙৈদা খুন্নু কাতুনা তোকই। নংগীন্থ কান্নদে, ঐগীন্থ ওইজদে। মিৎলুদা করিন্থ নত্তবা প্রেমগী ধারা অনি মরিদং শিন্থবা নত্তনা ঐনা নংগী করি তৌবা ঙম্বগে। মরম অসিনা মিন্নুংশি হায়বা অসি নুংশিবা চান্নবদগীন্থ হেন্না মন্নুং চনবা অমরোমদা রাখলগা লোয়নবা পুকচেন্নি।

মাসিগা মশাগী কান্নবা থিবা পুকচেনগা মরি থোকপা লৈতে। ঐখোয়না ঐগী নত্তনা অতৈ খংদে, ঐখোয়না ঐগী নত্তবা অতোপ্পগী মরমদা থিরুবা পামদে। তৌইগুম্বন্থুং ঐখোয়গী মিন্নুংশি হায়বা অসিদি মাতুগা ওন্নতৈনবনি। ঐগী ইশাগী তোংজবন্থ লৈতে করিগুম্বদা নংগীন্থ কান্নবা খংদে, অদুম ওইনমক মিৎলুদা তরং লাইজ শিন্থতুনা অরেম্বদা পেন্নরি। মসিগা ভক্তিগন্থ তিন্নদবা লৈ। মশাদা ভক্তি মরিক অমতা পক্রবা কনাগুম্বন্থ মিন্নুংশি য়েংবা ঙমদতুনা লমজা পুবা য়াওই, মাহাক্তনা থৌইনশিন ওইতুনা ভক্তি য়াওদ্রবা ঐহাকন্থ মিৎলুদা প্রেমগী ধারা শিন্থবা হৈ। অওইবমক মাসি য়ান্না ঙমলবা মীওইবগী থম্মোইগী লকা মন্নুংদা থুপ্তুনা লৈরবা পুকচেন্নি। ঐখোয়গী লাইবক কবনা মাসি মীওইবা অয়াম্বদা লাইর ইনাকখুনবা অচৌ অপিশক

খায়দনা খাই অপুম্বগী লন ওইনা লৈরমলে। খোইনদুম মাসি অতোনবা, লাইরবা, অনংবা, পাম্মবস্থ লাইবক থীবনা খোজানগী থবক তৌবা ঙমদ্রবা ঐখোয়গী লন ওইনা খোল্লি। মাসি খল্লু খল্লুরগা থাঙ্গৈশেংবমক তাইবংপানবা মপুগী অশীর্ব্বাদকী মওং ওইনা ঐখোয় মীওইবদা পীনবিরমলবা মমল নাইদ্রবা লল্লি। মাসি লৈবতনা তাইবং-পানবা অসি মীওইবনা লৈবদা মতিক চাবা ওইরিবনি, নত্রবদি মশাগী নত্তনা অতৈ খংদ্রবা তাইবংপানবদা লহান্না মীওইবগী খুভম অসি মুৎথ্রগদবনি। মাসি লৈবদনা তাইবংমীগী লোম্না অরা মুংঙাইবা মতম পুম্নমক্তা মীওইববু পুকমেন পাওমেন্নদুনা তাইবংপানববু মপুক মরা তপনা থম্বা ঙম্মিবনি। নত্রবদি লহান্না ওলাং চাওরবী তেংবানবা অসিদা অশাওবগী মৈচাকনা চাক্তুনা তাইবং মীগী মমিং অসি কাউনথ্রগদবনি।

---

# মৈতৈগী কেথোক মোথোকপা থাইনা অমসুং হৌজিক

ঐখোয় মৈতৈগী করিগুম্বা থাগৎনফম লৈরবদি ঐখোয়না থাজে, লুবা নানবা অসি অথোইবা অমনি। তৌইগুম্বসুং হৌজিকী মতম অসিদা ঐখোয়গী ইপা ইপুগী অথোইবা লনগী মশক ওইরবা গুণ অসি মতমগী ঈরৈ মতুংইন্না তোংঙানবা অর্থ অমা ওইদুনা জাৎকী চাওখৎপদা ময়েং তানবা লম্বী শেম্বা তেংবাংঙরে। কালগী পোইরৈ ইন্দুনা মতম অমদা নিংথিবনি হায়না উরম্বা মিৎ অদুমকনা মতম অমদা ওন্নতৈনরবা অসি থোইনা ঙকফম লৈতে হায়বা খংনা খংনা ঐখোয়না ঙক্কবা ঙমদবা মরমম্থ লৈতবা নত্তে। লুবা নানবা হায়রবা অসি লাইরৈপাক্কী ওইবা নিংথিজরবা গুণনি হায়বা অসিদি ঐখোয়না থাজদবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং কেথোক মোথোকপগ। মাসিগা অমরোমদা নকনবা মরি

লৈবগুম অমরোমদা মাসিগা থাপনগদবা মরমস্তু লৈ। মতম অমদা ঐখোয়গী কেবা মোবা করম তৌরমই। থাইনা মহায়রসি, মতম অহুদা পাল্লম্বা ইপা-ইপুশিং অহুদি জাৎ ওইবা তোংঙানবা হৌনবী অমজংদি চুপায়বগুম পায়হুনা অতোপ্পগী থাগৎনফম ওইরম্মি। মরমদি অতোপ্পা অমগী মতৌ তম্বা হায়বা অসি মাল্লবমকম্তু ফিদম ওইরিবা অহুগী মথা পোল্লি; মাদ্রগা মীগী মীনোক চংভি হায়বা অসি অরানবা নত্তে। অহানবদা ঐখোয়গী তুখোংলংবা হায়বা রাহৈ অসি মতম অহুদা য়াম্না ইকায় খুম্নরম্মি। লংলবা হকচাং অহুদা মনম মুংশিরবা লৈরাং তৈত্থুনা কেনরম্মি। উরিক লুকুন মচু তাবদা থাগৎনফম ওইরম্মি। মচল মরম ময়ালগুনা হাপ্তুনা ফুৎলবা চেংহিনা কোক্কী থাও জাৎ অপুম্বগী মহুত্তা পাম্নরম্মি। ঈশু তারবা লশিংগী ফিতনা শেৎনইম্নফিগী মকোক্লি হায়না থাজরম্মি। কুইন্দ্রিবা রানি—ঐখোয়না করিগুম্বা উৎসবনচিংবা অমদা চৎলমদাইদা মফম শুনা চন্দোম্না লৈতেংহুনা ঙৌনা শুরবা লংহিংফি শেত্তুনা চৎপসি অকেবগী খুদম ওইরম্মি। হৌজিক অসিদা ঐখোয়গী মরক্তা কনা কনাগুম্বনা অয়াম্বনা হায়রবস্তু থোই-দোকপা দোব লৈগনি হায়বা নীংদে, মাসিবু পংভিঙৈ য়োংখিংলিঙৈগী থবকনি, কনাগুম্বা থরা হেন্না শিংবনা মতম মাংনবনি হায়হুনা নোক্লবা অসি ঐখোয়না করি হায়সিগে! চুম্মি হায়সিরা, চুমদে হায়সিরা! তৌইগুম্বস্তুং পামদ্রিবা ঐখোয়গী রাতা লোৌবনদি আইন কায়দবা রা থোক্তে, মতম অহুগী মৈতৈগী হিরম অসিগী মরমদা থল্লম্বা জনষ্টোন সাহেবনচিংবা মীরৈপাক্কী মীগী প্রমান লৌরবদি করি থোকই। মতম অহুদা মৈতৈবু য়েংলম্বা পুন্নমক্কা মৈতৈগী জাতিপানবা মতৌ উহুনা থাগৎলম্বা ঙাক্তুনি। জনষ্টোন সাহেবপু ঐখোয়না কবিনি হায়না থংদে তৌইগুম্বস্তুং মাহাক্না মুমিদাংরাই মুমিৎনা চীংয়া থাংবদা মৈতৈগী পশোৎমুক ঙৌরবা কৈথেন উহুনা চিনবান চামনা কয়াদা থাগৎপা।

তৌইগুম্বস্তুং হৌজিক্তি কেবা মোবা পাম্বা অসি ঐখোয়গী লৈতরবরা- মাহু নত্তে, হৌজিক্কা হেল্লে, থাইনা ময়োন্দা হুনখিবা অহু

হৌজিক্তি মরেং চাম চামা লোংহুনা মপান মহৈ য়াল্লে। হৌজিক অসিদা মৈতৈগী মশক থংবা অসি ফনা লুপ্রে। লাইবক্তা মফম শূত্রবস্তু চন্দন থরদং তৈরম্বা মুপা অহুবুদি ঐখোয়না কনানা হায়ত্রবস্তু মৈতৈনি হায়না হেক্তা থাজে। মরমদি মাসি ঐখোয়গী ধর্ম অসিগী খুদম অমনি, অস্নুম্না পোষাক, ফিজেৎ লৈ:তং পুন্নমক্তা ঐখোয়গী শকথংবা অসি ফনা লুপ্রে। লাইগী থৌজান্দগী ঐখোয়দা তম্নিবমথৈস্নু মান্দবা খক লৈতে। অহুনা থোকপদি হৌজিক অসিদা মৈতৈ য়ামগ্রে—মীতৈ সাহেব, মীতৈ বাবু অসিনচিংবা। মীতৈ হায়বা অসি হৌজিক অসিদা থাঙ্গৈশেংবমক মীতৈ ওইরে। অসি হায় হায়হুনস্নু মতম মতমগী মতিক চানা মীগী অপাম্বা ওনবগী মরমদগী ফিজেৎ লৈতেংগী মরমদা হোংফদে হায়বস্নু ঐখোয়স্নু থংদবা নত্তে। তৌইগুম্বস্নুং পুন্নমক পামশিল্লুরবদা হৌজিক অসিদা লুবা নানবা পাম্বদগীস্নু কেনিংবনা য়াম্না হেনগ্রে; ঐখোয়না হায়—ইমুং মন্নুংদা চাদবদি কনানা উবগে ! তৌইগুম্বস্নুং মীরক তিল্লবদি মীমান্নদবা য়াদে, হায়বদি অঙম্বনা অফবা শেংলকইবা অহুগা মান্নবা শেত্তবা য়াদে ফনা ঙকপা রানি। ঐখোয়না হৌজিকমক তত্তুনা উবা ফংঙি—মপান হেক থোকপগা মৈতৈগী লমজাং অপুম্বা অসি মথল মথা অয়াম্বা মচুগী ফিনা পুমঙান ঙাল্লি। কনাগুম্বনা ঐখোয়গী জাৎকী অশেংবা ফীরোই শেৎপা য়াওরবদি মাহাকপু থাইনগী মীনি নত্রগা মথা হুম্বদগী লাকপা মীনি হায়হুনা থংনরি। য়েংউ বসন্ত ঋতুনা হেক লাকপা মীতৈ অপুম্বদা মরাং হৌরে; হরিবোল য়াওশং মৈথারে, শাবী শানৌ অপুম্বা ওম্থোক ওম্থোকপা ফীরোই হোংনরে। কনানা লাইরবা, কনানা তৌবা ঙমবা, কনানা অপিকপা, কনানা অচৌবা কনানা থংগনি। মাসিনা থোকপদি—লৌরাং শূরুবা ইচিন ইনাওশা ! চহি কুমলাং চুপনা লাঙ্গোল য়োংলম কাৎলুবা; য়োংলৈ নো:থাং কুপলুবা, তেম্পাক কাংক্রম শারুবা মুংঙাইহৌ, শেংহৌ চাহৌ অহুগীদমক্তা রাক্লরিবনি। চীংদোন মাপন লাম্না মীরৈপাক্তা রাকচিংগী উন, কালেনগী মুংশা

খাংহনা লন তাল্লুরিবা ইচিল ইনাওশা ! করি হায়বগে শেংহৌ চাহৌ। শিগ্রগা ইহে হায়হনা তোক্কনি। তুমদ চাদনা নহৈ নশিং তাল্লিবা, ইচিন ইনাওশা ! কনানা করি হায়রগনি, শেংহৌ চাহৌ শিগ্রগা লাক্কনা শেংলবা, লাক্কনা চারবা য়াবরা !

ঐখোয় মৈতৈ হায়বা অসি অমরোমদা য়াম্না লাইবক ফরবা জাৎনি। অপেনবা হায়বা পোৎ অসি নোংদম্বা বিধিনা ঐখোয়গীদমক খাক্কনা থম্বিরম্বগুম তৌরে। ঐখোয়না জাৎ অতৈবু নোকনৈ।— মরমদি মখোয়না তুমদ হিপ্তনা অওকপা নাইদনা লন তাল্লিবা অসিবু করি কায়বগে;—মাখোয়না অমতং শেঙ্গোরকই অমতং চাথোরকই হায়বস্থু লৈতে। অসি হায়হনা ঐখোয়না লৈজবদগী পুশিন্দুনা চাথোকই, শেঙ্গোকই, মাহুগীদমক থোয়না রাক্কবা লৈতে। তৌই-গুম্বস্থুং ঐখোয় কনানা থন্দুনা য়েংবগে ! পাৎ পুম্নমক অসি ঐগী ঐগী ইতিক চাবা অমমম ইরৈ লৈবা ঙাক্কনি। ফিজেৎ চাকচাগী মরমদস্থু অহুমঙাই—ঐগী ইতিকচানা শেংল চারবদা কনানা করি হায়রগনি। মাহুদগী থোইদোক হেন্দোক্লবতবু কেথোক মৌথোকপা কৌবনি। নিংথৌনা স্নাগী সিংহাসন্দা ফমগনি, স্নানা শাবা পোষাক্কা মনিমুক্তা থান্দুনা থোনসম্বু তৌবা ঙম্বনা মাগী মতিক চাবা নিংথিবা কীরোই হোংসম্বু নংনা মাহুগীদমক করিগী তুম্বা কায়ফম থোকপগে, তৌইগুম্বস্থুং ঐখোয়না রাবদি হৌজিক অসিদা ঐখোয় পুম্নমক অচৌ, অপিশক, লাইর-ইনাকখুনবা থায়দনা কেথোক মৌথোকপা অসি পায়খরে। মাহুনা থোকপদি লায়রবা। চুম্মি, ঐখোয়স্থু ঐখোয়গী শেংন ইম্নবা শাজবা থরতা নত্তে য়াম্না হৈ। লৈপাক মচা অসিবু ফিজেৎ চাকচা তম্বিবদি ঐখোয় মৈতৈননি হায়দবা য়ারোই। মীরৈবাকী থংদবা কনাগুম্বনা মৈতৈবু ফিজেত্তবা জাৎনি, হায়হনা নোক্লবা অহু থংদনা অহৈ শানিংবননি, থাজরুগনু। মজা ইবেম্মা থোইবীনা য়েৎনা হুল্লা ওনা ওক, ওইনা হুল্লা য়েৎনা ওক, শাবা ফিগে স্না অহুদা নত্তে, অহুগী মমাংদগী মৈতৈ ফি অসি জাৎ পুম্নমক্না থাগৎনরক্লবনি, মাহু

মতম অহুদদি ঐখোয়নসু পান্নবা শীজিন্নরম্মি। তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি মাহু শেংলু ইল্লুরবদি মীরক তিন্দবা মী তাখরে; অহনদি ঐখোয়না খরদং ফংজবা শেল অহু মীরৈপাক্কী লল্লোনবগা য়েন্নবিরে। থাইনসু ঐখোয় মৈতৈ হায়বা জাৎ অসি য়াম্না কেবা মৌবা পাম্মি; তৌইগুম্বসুং মাহুনা ঐখোয়গী কান্নবা নত্তনা মাংনবা তৌদে। হৌজিকসু থাইনদগী কেথোক মৌথোকপা হেন্না পান্নরে; তৌইগুম্বসুং হৌজিক্কী কেথোকপা মৌথোকপা অসিদি লৈবাক্কী মাংননবা নত্রগা লাইরনবগী মরমদা তেংবাংলরে।

---

# মীনা করি হায়খিগদগে

তাইবংপানবা অসিদা ঐখোয় মীওইবনা চৎলিবা অসি য়াম্না অঙকপগী মশক্নি ঐখোয়না ঐখোয়বু ইনিং ইখা তম্বনি, মীওইবগী মনিংমথা তম্বা অসিদি পোকপদগী লোয়নবরকপনি হায়হুনা ফনা লাওজ-হুনসু ঐখোয় মীওইবদি অথোই অহেন নাইনা মীখা পোন্দবা য়াদে হায়বা অসিসু অচুম্বা রানি। ঐনা পামজহুনা করিগুম্বা থবক অমতং হেক তৌজগে তৌরকপদা কনানা করি অমা হায়দ্রবসু পুক্নিংদা ইতোমত্তা অকিবা হেক পোকই—মীনা করি হায়খিগদগে, ইশানা চাজনিংহুনা করিগুম্বা লাংজবদা কনানা করি পীবিরদ্রবসু পুক্নিংদা চিংনবা হেক পোকই মীনা করি হায়খিগদগে। মীনা শেৎনদবা করিগুম্বা লৈতেং অমতং হেক তৌজগে তৌবদা কনাগী মপান তাংঙ্বদি নক্তে হায়বা থংনা থংনা পুক্নিংদা ঈচং থৌরুবা ঙমদে—মীনা করি হায়খিগদগে! মীনা তৌনদবা করিগুম্বা অমতং ইশানা পামজহনা নত্রগা অক্ষবনি, ঐগী নত্রগা লৈপাক্কী ফনবনি হায়না থন্দুনা তৌজগে হেক তৌবদা পুক্নিংদা কনাগী থৌইনশিন অমা য়াওদনা অকিবা হেক পোকই—মীনা করি হায়খিগদগে! অসুম্না মীনা করি হায়খিগদগে হায়বগী কিবনা ঐখোয়না অক্ষবা থবক কয়া তুংহন্নহুনা

তোকই, অতুগা অমুকস্তু অমরোমদা ফত্তবা থকক. কয়া. তৌগদবগীস্তু মরূপকুম্না থাম্মি.। মাসিগী মরম করিনো !

ঐখোয়না লাইরিক অসিগী মফম অতৈদস্তু থরা হায়রে—মীওইবা হায়বা অসিদি জীবনিদি হায়রগা জীব অতৈদগী মাখোয়না তোংঙানবা মগুণ থরা লৈ ; জীব অতৈগুম্না মীওইবস্তু মশাগী মুংঙাইবা মশাগী ওইজবা থিদবা য়াদে, অতু নত্রবদি মখোয়গী জীব ওইবা অতু তোকপা তাই। অরাম খৌরাংবনচিংবা জীব অপুম্বগী ওইবা অসি মীওইবস্তু লৈ, তৌইগুম্বসুং মাতুগালোয়ন লোয়ননা মীওইবদি অতৈগী ফনরা, অতোপ্পগী কান্নবগীদমক্তা মশাগী ওইজবস্তু অমুক থাদোক্তবা য়াদে। মাসি কনাগুম্বা জীবদা থরদং ময়োল হুনখিবা অতু মীওইবদা মপুং ফানা মহৈ য়াল্লরে। মাসিদি কদাইদগী হৌরকই। মীওইবনা--অশোনবা তাইবংমীনা, লানফমগী মশক ওইরবা তেংবানবদা মশা কঞ্জবা ঙম্নবা মাগী মাগী কাংবু পুম্না তাবদগী মরু ওইরদি মীনা করি হায়খিগদগে হায়বা মীওইবগী রাখল অসিবু অসিদগী ময়োল হুনখিত্নুনা তাইবংমীনা তাইবংপানবদা চাওখৎপগী লম্বীদা চংশিন চংশিল্লকইবা অতুকী মতিক মাহাকস্তু মশা মরেং অস্থম লোংখোয়ত্তুনা মপুং ফারবা পাম্পী অমা ওইরে। মতু অসিদা মাসিনা মীওইবগী কিনফম অমা ওইখ্রে। নংনা ঐবু কিদবা য়াই, হোংবনা চাওববু থৌশাদবস্তু খংদে কৌইগুম্বসুং ঐখোয় অমমমনা ঐখোয় অমমমবু কিদ্রবস্তু ঐখোয় অপুম্বগী পাঙ্গল ঐখোয়গী জাৎ অমবুদি কিদবা ঙমদে। নত্রবদি ঐখোয়গী হিংহ্নুনা পানবগী মরমদা অকায়বা অমা থোকই। অতু নত্তনা কৈগুম্না লামলগা শক্তিগী মথক্তা হেক চোংশিন, মমানা কান্নবা মতম হেক লোইবগা মমা মচা হেক খংনদা, চারথকপনচিংবদা মীগী মীনোক কিবা য়াওদনা পংচাচা পংথক-থক- তৌরবদি ঐখোয় মীওইবগী 'মীওইবা হায়বা অতু কদাইমথে ঙাকপা ঙম্বগে হায়বা অতু ঐখোয়না খংদে। মাসিনা চাওখৎলিবা অতুকী মতিক জাৎ অতুস্তু চাওখৎলি হায়বা খংনৈ। ঐখোয়না ঐখোয় মশেন ইংনা পানবা য়ানবগীদমক্তা রায়েন কাতি অমা শাত্নুনা থম্মি।

ঐখোয় এশেন হেন্দোক্নবা য়াদে,—হেক হেন্দোকপগা কাতিবা চত্নুনা মাময়হল্লি। মরম অসিমকনা ঐনা পামজহুনা তৌবা থবক অহু ঐবু চানবা থম্নদি য়াবিরম্বসু থংদে হায়বা থাজদহুনা ঐখোয়না পুক্নিংদা কিদবা ঙমদে, মীনা করি হায়খিবা লৈপাক্কী ক্নহিংহায়বা অমা লৈ—আহু কাম্নক্নবর্দি মীমাংফম্বা তারি,—মাতুদা থোইনা কান্নফম থংগ্রবসু —লৈত্তে শিদবা য়াদবগুম ঐখোয়না ঐখোয়গী পুক্নিংদা কিদবা য়াত্রি —মীনা করি হায়গবা ঐখোয়না থংঙি, ঐনা চন্না হেমবা তারবদা কনানা ঐঙোন্দা চেং থুয়া অমত্তসু পীবিরোই। ঐনা উকু শেত্নুনা লৈবদা কনানসু ঐঙোন্দা ফি থুবাক অমা পীবিরগদবা লৈতে, তৌইগুম্বসুং মাহু থংনা কিদবা ঙমদে। —মীনা করি হায়খিবা। মীনা করি হায়খিবা মথক্তা হায়খ্রিবা রাথল অসোমদা পুরবদি অফবরোমদা তারি, অমসুং ঐখোয়না থাদোকপা ঙমফম থোক্রে, তৌইগুম্বসুং মীওইবগী রাথনগী লাংদা থুরবদি মাহাক্কী অমুক চেনফম লৈত্রে। মাহাক্কী অফবা য়েংহুনা অচুম্বগী ইকায় থুম্নবা ঙাক্নবগীদমক রাহৈ চামনা লৈশি লৈথোনবগুম অমরোমদা অমুক তাথীরা ঙাংদবা য়াত্রি। মরমদি থাগৎলুরগা থাদবা অসি ঐখোয়গী স্বভাবনি।

অমরোমদা মীনা করি হায়খিগদগে হায়হুনা কিবা অসি মতম অয়াম্বদা ঐখোয়গী চাওখৎপগী লম্বীদা পনগী মশকনি। মরমদি কিবা হায়বা অসিগী অর্থবু থৌনা ফবা রাৎপা নত্তনা অতে করি ওইফম থোকপগে তৌইগুম্বসুং মাসিগী অফবগী মনুংদা অমুক অমসু লৈরি। —ফত্তবা থবক্তগী মায়ওম্নবগী মরমদা মীগী মীনোক কিবা অসি অশোয়বা নাইত্রবা হিদাকুম্বনি। তৌইগুম্বসুং অফবা থবক তৌবদসু ঐখোয়না মীমাং ফম্বা তাগবরা হায়রগী কিবনা থবক্কী লমদা তুংহন্নৈ। মাহুগী অথোইবা মরমদি থৌনা ফবা নত্রগা ঈচং থৌবা রাৎপননি। থৌনা ফবা পুকচেন্না লৈত্রবদা, থবক্কী লমদা ঈচংথৌবগী কান্নবসু থংদ্রবদি মী অহুগী থবকনা করম্না নিংথিনা পাংথোকপা ঙমফম থোকপগে। মৈতৈগী রাহৈদা হায়বগুম্না তাইবংপানবদা পোকলিরা মকোক্তা মশম

হৌবা মীনা অমুক লাইবা লৈতে। মী পুম্নমক অসিমক মাগী মাগী মতিক থোকপা মগুণ অমমম লৈবনা নম্মি। তৌইগুম্বস্নং মীনা করি হায়খিগদগে হায়বগী কিবনা মাগী মগুণ অদু মতম অয়াম্বদা চাংদা শাৎপা ইঙেনলৈনা চিন্নদনা অমস্নং নমবিনবা য়াওদনা কেনখিবগুম্না মাংখিবা ঙাক্তনি। ঐনা কুইনা থবক্কী লমদা শিন্দমলবা মরমদগী থবক পাংনবগী অনৌবা পোৎথি অমা ফংজরে, তৌইগুম্বস্নং মীগী মীনোক কিবদগী ঐনা শোয়দনা কান্নরনি হায়না থাজরবা পোৎথি অদু চিস্বান অসি কাংথোক্তুনা অতোপ্পদা হায়রুবা ঙমদে। অদুমক নত্রেগা ইশাগী থবকমক্তা—ঐগী ফরবা দোষ য়ৌনা শীজিন্নগদবা কৌই, মাদুনা ঐগী ফরবা, দোষ অমত। পক্রবা পোৎথি অদু মথক্তা হায়খিবগুম লৈকংলাদা শাৎপা কেতুকীন। য়েংবিনবা অমস্নং নমবিনবা য়াওদনা গুনগী মালংবদা লৈনম কন্তুনা তোকপগুম ইশাগীস্ন কান্নদা লৈপাকীস্নু কান্নদা অরেম্বদা মাংহুনা তোকই। অমরোমদা থৌনা ফবা মীনা মাহাক্লা ফগনি হায়না নিংবা থবক অদু তৌবদা মাথোয়না মীগী মীনোক, লৈপাকী রুহি, রায়েনগী কাতি পুম্নমক অসিদা মাহাক্লা মিৎচিনা য়ৌনা য়েংবা লেতে, মরমদি মাহাক্ল। তাইবংপানবদা পোকপা অসি থবক অতোপ্পা অমা অদু পাংথোকনবা লাকপনি। মাদুদা মহৈ য়ান্দ্রবস্নু মাহাক্লা মীগী মীনোক ফংগনি হায়বগী থোইনা খোইরাংঙবস্নু লৈতে, থবক পাংদনা নামৎ মাংখিবগী মিহৌরুবস্নু লৈতে। মহাক্লা থাজে, যদি যত্নে কৃতে ন সিধ্যতে কোহত্র দোষঃ। অমুকস্নু ঐথোয়না উই— তাইবংপানবদা মীনা তৌঙমদবা থবক পাংবা অমগ্রিবা, পৃথিবীদা থাইদগী কান্ননবা অমমমদং ফোংদোক্তুনা অমাংবা লৈত্রবা মিংচৎ ফংগ্রিবা মীশিং অসি মীগী মীনোক কিদুনা থবক্কী লমদগী মাইওনবা য়াওদে। স্নংশিৎকী মমাংথানা চৌপ্লিবা রেলগাড়ী, অতিয়াদা পাইরিবা বেলুন পুম্নমক অসি অহানবদা মীনোক চংদবা করি য়াওবগে! মীমাং কয়া ফমলবা, মীনোকী তাশোন কয়ানা লেংবা মতুংদা হৌজিক্তদা মাগী অওইবা শকফম অদু উবা ফংদুনা থাইনা হরাওবগী

পাম্বোম তিংথোক্লুনা কোম্নরি। মথোই পূন্নমক অসিবু শেমলকপা লাইপোক্পম্বশিং অত্তুনা মীনা করি হায়গদগে হায়বা কিত্তুনা মায়ওল্লম-লবদি ঐথোয় তাইবংমীগী লাইবক্তা অম্বম্বা খুদোং চাবা পূন্নমক অসি তমলমমোইদবনি।

ঈচংথৌবা, থৌনাফবগা, পোংথিগা মরী থোকপা লৈতে হায়দুনা কনাগুম্বনা মীনা করি হায়খিগদগে হায়না খনবা অসি অক্ষবনি হায়না লৌনিংবম্ম য়াওই। অমরোমদা অচুম্বম্ম লৈ। —ঐথোয় মৈতৈগী পোংথি হায়বা রাহৈ অসি থবক্কী লমদা থরদা নত্তনা য়াম্না কান্নবা অমনি। মাসিবু মতম মাংনবনি হায়না খল্লুরবদি রাহৈগী অচুম চুমদা নত্তনা থবক্কী মরীদম্ম অকায়বা লৈ। পুক্লিংনা থবক তৌগে হায়দুনা লেপ্লি পোংথিনা মাত্তু খুৎনা পায়ত্রিঙৈদা পাংননবগী পোরম থি। মাত্তুদা চংখিবা মতম অত্তু থবক্কী মাইকৈরোমদগী ককথৈ। অমম্বুং মাত্তুতা নত্তনা থবক মশক নাইবা ঙম্মি। থবক্কী পোরম হান্না শিল-হৌদনা থবক খুৎ পায়রুরবদি থবক অত্তু চংথোন্না পাংবা ঙমদে। অহনগী অমাংবনা চফু মেম্নে হায়রিবা অত্তুগী মরম করিনো! অঙাংনা থবক তৌবদা পোংথি শীজিন্নবা হৈনদে। অহন্নবু থবক অমা হৌত্রিঙৈদা থবক অত্তু তৌবদা চংগদবা মতমদগী হেন্না পোংথি তৌবদা লেপ্লি, অমম্বুং মাত্তুনা থবক অত্তু মীগী মীনোক চংদনা নিংথিনা পাংবা ঙমনয়ে।

---

# লাইবক অমম্মুং থবক

ঐখোয় মৈতৈ শায়বা অসি মুংঙাইবা য়াম্না হৈরবা জাৎনি। ঐখোয়না থবক্কী মহৈ অসি লাইবকনা থবক্কুগী হেন্না থাজবা পাম্মি। মোম্বা কনবা নহাকম্তু চাই, অতনবা ঐগী থায়াৎ অসিম্তু লাইনা য়াৎপনি হায়দুনা ঐখোয়না হেক মুংঙাইথোকপা ঙম্মি য়েংউ খুম্রাং তোংবনা মোমলগা খোংউপ তোংবনা চারি। কালেনগী মুংশা, ইঙাগী নোং, য়াকচিংগী উন পুম্নমক অসি থাংদুনা নোমলবা কয়াম্তু থবক্কী মহৈ ফংবা ঙমদদুনা মাংাল, নোম্বা ঙাক্তনা করি তৌনগনি। নচ দৈবাৎ পরং বলম লাইবকনা কনানা নিংথৌগী সনা শঙ্গাইদা পোকলি. কনানা লাইরবগী উনাগী থাংপোক্তা পোকলি। লাইবকনা কনানা শেৎপ চাবা পুম্নমক্তা মুংঙাইবগী মপু ওইরি, লাইবকনা কনানা অরাবা অপুম্বগী মথা পোন্দুনা লৈরি লাইবকনা কনাগী তাইবংপানবগী লমনফম অসিদা মচা-মশু খুৎকন-পাঙ্গন্দুনা মায়পাকপগী খুবম ফংনরি। লাইবকনা কনানা অম্তুপ পাক-চাওরবা মালেম অসিদা চংনফম লৈত্রবা লৈকংলাগী মতৌগুম উত্নুনা শরা তেংথানরি। মরাইবক ফবা কনানা ইমোম নোমদনা তম্ফাখুদোপ কোক থেংনরুদুনা য়ারিদা হায়বগুম পায় শানা পায়রি। মরাইবক থীবা কনানা অরা অনা খংদনা অইং- অশা নাইদনা হক্কী ঈরা শমলাং তৈনা নোমদুনম্তু অহোবা মেনবা ঙমনদরি মাসি করিননো। মাসি পুম্নমক মুম্না খল্লুরবদি ঐখোয়ম্তু থাজদবা ঙমদে। —নচ দৈবাৎ পরং বলম অম্তুম্না অসোমদা নোংদম্বা বিধাতানা তাইবং মীগী লাইবক্তা য়েক্তুনা থনমলবা নোংদম অসি উত্নুনা থবক্কী লমদা কনাগী পুক্লিংদা হৈনিংবা পোক্কদগে। ঐনা চাবা মচেৎ তুম্বা মচেৎ ওইনা নোমদুনম্তু চানিংবা নিংবা থুংদ্রি, শেৎনিংবা শেৎপা ফংদ্রি। নংনা খুদোল লৈপাক তাদনা ঐগী থবক্কী মহৈ অম্তু চারি। করমনা ঐগী পুক্লিংদা হৈনিংবা পোক্কনি, মরম অসিনা নংনা থবকপু লাইবকনা কল্লি হায়বম্তু ঐনা করিগী য়ৈথংনিংঙু বা।

মরম পুন্নমক অসিনা, ফরে ঐখোয়না খোইয়ুম লাইগী নোংদম্বু, থাজবসু তৌরোই, থাজদবসু তৌরোই। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না রাবদি নোংদম্বা বিধাতানা ঐখোয় মুমু তাইবংমীগী লাইবক্তা য়েক্লমলিবা লৈই অংদি ঐখোয়না থংবা ঙম্বা থোক্রে। নহাক অসি ঙসি চেং খুজোক অমতং ফংনবগীদমক মীগী থোং থোংদা কোয়না নিবা চৎলি। নং অসিমক হয়েং লনলৈমগী পৌজান ফংহুনা নংগুম্বা চাকনিবা চামগী চংনফম ওইরোই হায়বসু কনানা হায়বা ঙমগনি। নং অসি ঙসিদি অপংবনি হায়দুনা মীনা উশিংনদ্রি মতুংদা নংনা কলিদাস রত্নাকরগুম্না পৃথিবীগী অশিংবা অপুম্বগী মকোক ওইরবসু কনানা থংগনি। নং ঙসিদি অতোনবা জাত্তা পোক্লুনা মীনা নংবু থৌওইনদ্রি নপাম্বু অতোনবা থবক তৌদুনা মীগী ইকাই খুম্নবা ফংবা ঙমখিদ্রে। কনানা থাজরম্বগে নহাকনা আমেরিকাগী তিন্নবা লৈপাক অপুম্বগী প্রেসিডেন্ট হুতারগুম্না লৈবাক অপুম্বগী মপু ওইরগনি হায়বা অসে। অসুম্না নং ঙসিদি মুংঙাইবা অপুম্বগী মপু ওইদুনা লৈরি, চানবা পুকৈ চোল্লি, শেংনবা ফিরুক থাল্ল, লন য়েংঙি রাত্তে, মী য়েংঙি নোপ্তে, চিম্বান্দা লেংবদা মী-চামনা খুৎ লোম্লরি। তৌইগুম্বসুং কনানা থংগনি, নহাক অসিমক হয়েং অঙাওবগী মতৌগুম চানবা ফংদা শেংনবা লৈতা লম্বীগী চাকনিবা ওইফদে হায়বা অসে! য়েংউ লঙ্কাগী রাবণনা কদাই, কৌরবকী দুর্যোধন্না কদাই! খুবাক খুনম ওন্নবগুম্না মীগী লাইবক্তা কদৌঙৈ করি তম্মকদগে হায়বা অসি ঐখোয়না থংবা লৈত্রে! মাসিদগী ঐখোয়না লাইবকনা কল্লি হায়বা অসি থাজে। ঐনা ফনা থংহুনসু থবক থাদোকপা য়াদে হায়বা অসি থাজে, ঐগী ঐগী লাইবক্তা অসি অসি তমলি হায়বা অহুবু থংলমলবদি মাহুগী মতুং ইন্না হোৎনহুনা থবকী লম অসিদা য়াম্না লাইথোকপা য়াবমগদবনি।

অমুক লাইবক হায়বা অসি নোম্বদগী থোরকপনি। মমৈত্তে লাইরিক্তা কল্লি হায়রি :—

চীঙ্ নোংদমথোনবু অমা তৈনা লৈত্তে। কুমার ফুশাবনা মালেম লৈফু শাবগুম মহাক মতোম মতোম শংলৌ থোরাংজবদগী তৌজা

মতিকমন মহৈ য়ানবনে। লৈতাং পোশ্বী তেক্লুরেক অঙোবনা পোশ্বী-খোংনা হৈনা চেক্লা মপুক থননৈএ। ঙান্নু খেরে চীনবাকপী চানা শান্না চীন্না হৈনা চেক্লা মপুক থননৈএ। নমু পোং ওইবনা মানা মানা নীংবা থৌরম্মা খোইমোম লাইগী নোংদম মহৈবু ওইনরিএ। পুক্লিং লাইরে চনফরোইএ, উনবী অতন নাইফরোইএ, হায়বদি লাইগী নোংদম হায়বা অতোপ্পা অমা অমুক লৈতে। চফু শাবনা চফু শাবগুম মানা মানা তৌবা থবক্কী মতুংইন্না মহৈ য়াল্লি। লৈতাং পাত্তা উরোকনা মখোংনা চাকথিনৈ, ঙান্নু খেরে চীনবাকপীনা মচীন্না চীঙ্গাক থি। তাইবংমীগীদি মানা মানা তৌজবা থবক্কী মহৈতনা লাইগী নোংদম ওইনৈ। অছুনা লাইরেকম্নু তনগম্নু! নোম্বগী মহৈ নত্তনা লাইবক হায়বা তোঙাম্না লৈতে। লৈরবস্নু নোম্বা নত্তনা মাছু মতোমদা থোরকপা হৌনদে।

ন সুপ্তস্য সিংহস্য প্রবিসন্তি মুখে মৃগা ঃ

---

# ঈশ্বর ভক্তি

তাইবংমীওইবনা অতৈগী রায়েন চংদনা মাখোয়বু তেংবানবগী অচৎ-চত্তা জীব পূম্নমক্কী মকোকনি হায়জরিবা অসিগী মরম করি লৈবগে। ঐখোয় মীওইবনা তেংবানবা মপুনা মাহাক্কী লীলাগী মরম ওইনবা শেম্বিরমলবা মীওইবা নত্তনা জীব অতৈগী মরমদা থোইনা খংঙবা লৈত্রবস্নু ঐখোয়না জীব অতৈবু তোল্লবা জীবনি হায়রুবগী মরম করি লৈবগে। অওইবমক মাসিগী মরম খরা লৈ। জীব পূম্নমক অসি লামলগা চানবা পোৎ থি, থৌরাংলগা থকনবা পোৎ ফংনবা লাকনৈ। তেংবানবা মপু ঈশ্বরনা জীবদা মচা হেক পীনবগা লোয়ননা মদা অছুদা মুংশিবগী অমৃতনা থিকপিরকই। অসিনচিংবা হিরম পূম্নমক অসি খন্দুনা য়েংঙ্রবদি লজিক শাস্ত্রদা হায়বগুম্না তাগদবা মরম অমা লৈ।

মীওইবা হায়বসিস্থ জীব অমনি অতূনা মীওইবগীস্থ গুণ পূম্নমক অসি লৈবা ঙাক্তনি। অতু ওইরবদি মীওইবগা জীব অতৈগা খেন্নবসি কদাইদনো! মহৌশাগী শকফম খেন্নবগুম্না অওইবমক খেন্নবা মরম থরা লৈ। থৌজান হৈরবা ঈশ্বরনা তাইবংমীবু তেংবানবগী অকনবা লানফম অসি থেংনবা য়ানবা অশোনবা মাহাক্কী মশা কঞ্জবদা মতিক চাবা লৌশিং. রাখন. পোৎথিনচিংবা পীবিরকই। অসি পূম্নমক্কগীস্থ মাহাকপু শেম্বিরকপা ঃপুবু কাউদবা হায়বা অসি মীওইবগী অথোইবা লন অমনি। ঐখোয়গী অতৈ হায়নিংঙাই লৈতে, ঐখোয়না জীব অতৈ থংবা লৈতে, মরম থরা লসিতনা ঐখোয়না জীব অতৈগী মরক্তা মীওইবা হায়বা মিংফম অসি ফংতুনা তেংবানবদা খ্বাইগী মকোক থংবা ঙম্মিবনি।

অওইবমক ঈশ্বর ভক্তি হায়বসি মীওইবগী থাগৎনফম ওইবা অশেংবা লননি। য়ে উ. কারৌহনবগী অহানবা মশেক থরদং হেক ফ বদগী পোম্বী চেকলা পূম্নমক-। লমনাইদ্রবা মাল দা কোয়না কোয়না পাইরি। তৌইগুম্বস্নুং মাখোয়না থংবা লৈতে. কনাগী থৌজান্না মহৌশাগী লোইবা নাইদ্রবা পূক্কেল য়াইওইনবা তম্ফ খুদোপ থাদবিতুনা মখোই-গীদমক ওকনবা চিঞ্জাক লাংতুনা থম্বিরম্মিবা! কনানা লমনাইদ্রবা মালংদা মখোইবু লমজিংবিরিবা! বসন্ত ঋতু চংলকলে, হৈরাং লৈরাং পাম্বী অপুম্বা অতৈবা য়েনিং হুম্লে, লৈরাং পোম্বোম শাৎলবা পামেল উফৈথক্তা তোংতুনা কোকিলশিংনা পঞ্চম স্বরনা কুহু কুহু খোংলকলে। লোইবী চিথাংদা তামনানা তরেৎশুবা খোম্থাংনা নুংশিবা কোলোই শকলকলে। লৈপাকলৈমনা মতমগী মতিক চাবা অনৌবা ফিজেৎ লৈতেংতুনা তেংবানবগী পুক্লিং শুক্নৎলে। মেংলবা নামিবা মলয়াগী নুংশিৎনা তাইবংপানবগী অরাবা মৈচাক মুংনরে অস্থমনা খৌগংলবা খোইমুশিং মমাংগী অরাবা পূম্নমক কাউখিজনা লৈরাংগী ফৌরোই য়েংতুনা লৈনা জগোই শাররে। জীব পূম্নমক নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউবা উনরে। তৌইগুম্বস্নুং হরাওবনা ময়াই কারবা জীব পূম্নমক

অসিগী মরক্তা মীওইবা নত্তনা করম্বা জীবনা মাবু শেম্বিরকপা মপুগী তৌবা ঙম্বা পাল্লল উত্নুনা মিংলুদা তৌবিমল খংবগী খুদম তরং লাইজা শিম্নত্নুনা পেন্নবা ঙম্বগে। থাঙ্গৈশেংনমক খল্লুবদা, ঐখোয়বু মীওইবনি হায়জবদা পুক্নিংদা মুংঙাইবা পোকই। অয়ুক্তা চিংথৈ ফিত্নপ হুল্লবা, কাক্কী লাম্বাও শীল্লবা চরোই তেত্তুনা খোংলবা কোরৌহনবগী ঙাংঙ্রানবা মশেকনা মালেম লৈমাই শীনবা থুংনা কুপগ্রবা মতমদা তাইবংপানবগী মশীং নাইদ্রবা লমদমদা মশীং নাইদ্রনা জীবগী মরক্তা মশীং নাইদ্রবা মীওইবনা মশীং নাইদ্রবা খোঞ্জেন্না মপুগী নাম শোন্নরি। অমুক মুমিৎ অত্নুনা নোংচুপ চীংয়া হেক থাংখিবা. চীংয়া খেন্দোং লাংখিবা, তময়া কোরি চেনখিবা. কাউরেন শঞ্জন হেক লোইনখিবদা তাইবংপানবগী মশিং লাকঙমদ্রবা লাইশংদা সন্ধ্যার্ত্তিগী হৌরবা খোঞ্জেন্না মাইকৈতরামক নিম্নরি। মাসি ধর্ম্ম চেল্লবা হিন্দুদা নত্তে, কায়দ্রবা খৃষ্টানতনি হায়নসু নিংঙ্গুগম্নু. নিয়ম চেৎলবা মুসলমানবুতসু হায়বা নত্তে, পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা লৈরম্বা মীওইরিবা ইচিন ইনাও পুম্নমক উরুরগা অওইবমক পুক্নিংদা মুংঙাইবা পোকনি। মীওইবনা মাবু শেম্বিরকপা মপুবু কাওদত্নুনা জীব পুম্নমক্তগী তোঙান্না তাবা ঙমলি। তোঙান্না তাবা হায়দ্রবসু জীব অপুম্বগী মকোক থোংলি হায়রবসু য়াহৈগী অরানবা থোকলোই হায়না নিংঙি। ঐখোয়গী লাইবক ফবা মরমনা পীনহৈরবা তাইবংপানবগী মপুন মীওইবদা ভক্তিগী মশক ওইরবা মনি মসি পীবিরমত্নুনা মীওইবগী মপোক অসিদি নোংদম্বা ব্রহ্মামক্কীসু পোকঙমদবনি হায়বা অত্নুগী থাঙ্গৈশেংবা খুদম উৎপিরমলে।

ঈশ্বর ভক্তি হায়বসি মীওইবগী মহৌশাগী ওইবা অশেংবা লম্নি হায়বগীসু মরম লৈ। মাসি মীওইবগী মপোক নত্তনদি ফংফম লৈত্রে হায়বসিদি ঐখোয়না খংলে। তাইবংমীগী লাইবকফবা মরমনা পোক-পদগী শা-উচেক্কী মহৌশাগী ওইবা লৌশিংগী মতৌগুন্না মীওইবগা লোইননা লাক্লবনি। শিংলবা, হৌনবা থংলবা মীগী মতৌগুন্না তোল্লবা

পাংলবা মীস্থ মহে মশিং লাইরিক লাইশু ইয়াওয়াওদনা, কনাগী থৌইনশিনস্থ নত্তুনা মহৌশাগী মাবু শেম্বা তেংবানবা মপু ৌদমক মপুক্লিংদা মতম অমদা লাংতকনবা পোকই। নারক্তা লৈরাং কেতুকীনা লোত্তুনা শাৎলি মিৎনাদি মহাক্কী নিংথিজবা অত্থু উবা ফংদ্রে। তৌইগুম্বস্থং নাতোন্দা মাহাক্কী শুম্মাংনবগী মশক ওইরবা মনম অত্থুদি ফাওহুনা পুক্লিংবু লাংতকনহল্লি, ওলাংথাগী য়াচংবদা কনাগুম্বনা ভোর্ব্বান্দা হকচিকলাংবা চংথোকই, লমগী মুংশিং নামিবনা লিরি লিরি শিংলি। তৌইগুম্বস্থং উনা অমতা য়োনস্থ লেংদে, ঈথক্তা ঈথক্কী জগোই অমতস্থ শাবা উদ্রি। তৌইগুম্বস্থং মাহাক্কী অইংবা মথৈদি ফাওহুনা পুক্লিং হকচাং অসি পেম্নর্বাদ ওম্মি। ঈশ্বর ভক্তি হায়বা অসিস্থ মীওইবগী মরীদা অসিগুম্বান। মুম্না খম্বরুরগা মরাইবক ফবগী অথোই অহেন নাইবগুম্না মফম ‘খন্নবা মতুংইন্না তুংফম তোঙান-বগী মরমদা অথোই অহেন নাই হায়বতনি। কনানা মরম অমা ওইনা ধ্রুবগী মতৌগুম্না চহি মঙাদা ঙাইরিবৈদগী শুকলবা নারক্তো অঙিং মুংথিল খায়দনা লমগী মুংশিহৈতরবা শা-উচেক পুন্নমক্কী অকিবা থাদোক্তুনা মাহাক্কা নিংজরিবা হরিবু কৌহুনা কপলি। কনানা ভক্তিমক্তনা মরম ওইহুনা প্রহ্লাদগী মত্তৌগুম মৈ, ঈশিং, চীং, সমুদ্রু পুন্নমক অকিবা লৈতনা মাহাক্কী নিংজফম ওইবা শ্রীহরিবু কৌহুনা মাহাক্কী পোকপ। মহে য়ান্নথি। তৌইগুম্বস্থং ঐখোয়না মুংঙাইজবদি তেংবানবদা পোকলবদা মীওইবনা ঈশ্বর ভক্তিগী য়াম-দ্রবস্থ মনম খরদং ফংনহুনা মখোইনা পৃথিবীদা লৈনা লৈনা অমরা-বতীগী মুংঙাইরবা মূত্তি অত্থু উবা ফংহুনা পেম্নরি। তৌইগুম্বস্থং অহুমনদি ওইরগা অসিগুম্বা ভক্তি অসি মী পুন্নমক্কী থমোইদা মতম অমতদা চপ মান্ননা পোকই হায়বদি নত্তে। মৈনা শীং, ই, নাপিন-চিংবনা মরম ওইহুনা হৌরগা মমৈদা মীগী মিৎনা উবগুম, ঈশ্বর ভক্তি হায়বা অসিস্থ অকিবা অঙকপা, অরাবনচিংবা মরম অয়াম্বদগী পোক্লগা মমৈদা মীওইবগী থরাই হকচাং অপুম্ববু থুহুম চনবা হৌই।

তৌইগুম্বসুং খেন্নবদি ঈশ্বরভক্তি হায়বসিদি মতম পুন্নমক্তা মেরা থাগী মেংলবা থাংনগী মতৌগুম্না মীবু চাকপা অমসুং থকখৎহনবা লৈতে। মাসি থাঙ্গেশেংবমক অমৃতগী মশকনি।

তেংবানবা অসিদা পাম্বে লৈত্রবা মীওইবগী চংনফমবু কদাইদনো, অরাম খৌরাংবনা লমজাওখোন্না চাকপা মৈগুম্না মীওইবগী থরাই হকচাং অপুম্ববু চাকলবা, মাং-তুং হন্না য়েংবদা হিংনবগী অতোপ্পা পাম্বে উরকত্রবা মতমদা কনানা মন্দাকিনীগী লুনা ইংলবা লাইজ অমৃত থিকপিহুনা চাকলবা থম্মোইবু ইংহনবিরিবা। কনানা মীওইবগী অরাবগী মরুমনা কুপলবা মকশিল্লবা লাইথোং উহুনা নুংশিবগী থুদম ওইনা অরাবগী স্বর হোনবিবা নত্রগা নুংশিবগী রাহৈ অনি মরিদং ডাংনিংবা কনা য়াওবগে। ঐখোয়গী করি অমুক হায়নিংডাই লৈতে, অতোপ্পা থুমনিডাই থংদে মীওইবগী থমোইনা মশানা মশাবু নুংশিবগী খোঞ্জেন্না কৌজত্রবা, অরাবদা চান্নবগী পাম্বোম তিংথোকুনা কোনবিত্রবদা তেংবানবগী অরাবা মৈচাকনা চাকলবদা ওলাংথাগী চন্দন থিকপা লৈরাংগুমনা থমোইবু নোবা থৌগৎপিত্রবদা থরাইনা কার য়েংহুন", করি নুংঙাইদনা কার অপাম্বা অমা থন্দুনা মাংফমগী মৈথু মরক অসিদা হিংহুনা লৈনিংগদবা। নি থৌরেনগী সনা কোনুং চাকনিবগী লাইর-থাংপোকশং লাইনিংবগী তপোবন অসি পুন্নমক নত্তনা নংনা অপাম্বা মতুং ইন্ন তেংবানবগী মফম থন্দুনা পুন্নমক য়েংউ পাম্বে লৈত্রবা তাইবং মীগী চংনফমবু মীওইবগী থমোইতনি। রাধন্না কনাগীদমক আরাম খৌরাংবা পুন্নমক কাউহুনা নো মদোন নন্দোম লোমনা পাইখৎলিবা সমুদ্র ঈথা থংনা লুপলিবা, কনাগীদমক অমম্বা লোক্তা কুমহুনা ফগুম-দ্রবা য়াইবু তাল্লিবা, কনাগী মরমগীদমক অরাংবা লোইবী চীংথাং কাহুনা হন্দুনা শিদহিদাক থিরব। অরেম্বনি পুন্নমক অরেম্বা ডাক্তনি, মীওইবগী পুন্নমক অসিগী মরুবু মাহাক্কী থমোইতনি হে বীণা! নংনা কনাগীদমক অয়াম্বা স্বর পান্দুনা লিংথিবা কোলোই শকলিবা। হে আশা! নংনা কনাগীদমক নুংঙাইবগী ঈচেন্দা অনৌ অনৌবা ঈথক

চৌহন্দুনা অঙাওবগী পান্দমগুম মীওইবগী পুক্নিংবু চোংহল্লিরা অমম্তুং নোংথাংকুপগুমনা পুক্নিংবু মিকুপ খুদিংগী মমাই লৈহল্লিবা! অরেম্বনি পুম্নমক অরেম্বা ওাক্নি। থমোইবু য়াওদ্রবদা মীওইবনা কনানো কনাগী কনা অমুক হায়রফম লৈবগে। কুমগী কুমদম মতা য়োৱনা য়েংউ, শরৎ ঋতুনা অনৌবা ফিজেৎ লৈতেংহুনা মাংদা থুংলরে। ওলাংবনা চাকলমলবা জীব অপুম্বা ঋতুগী অনৌব থৌজান হেক ফংবদা ইংনরে। হে পুক্নিং অরেম্বনি, পুম্নমক অরেম্বনি হায়হুনা করিগী অরা তেংথানরিবা। শরৎঋতুগী নিংথিব। রস পুম্নমক মিৎলুদা প্রেমগী ধারা শিন্থহুনা চুপচহো। নংগী চংনফমবু মীওইবগী থমোইতনি। হে বসন্ত! লাও নহাকপু ঋতু অপুম্বগী নিংথৌনি হায়বসি কনানা হাপ্পনো! নামিবা মলয়া মুংশিংস্তু লিরি লিরি শিংসন্নু হৈরাং লৈরাং অপুম্বস্তু মালংবগী ফৌরোই ইম্না খোংথাং শুনা জগোই শাসন্নু। খোইমু লাবা অমোমনা অনৌবা হৈনম লৈনম ফংহুনা নংগী য়াকাইরোন শকসম্নু। থমোই পাল্লবা ঐখোয় মীওইবনা নিংথৌগী হোৌনবা ব্যাবহার ওাক্নি। অওইবমক মীওইবগী থমোই অসি তেংবানবদা ফংঙমদ্রবা য়াইনি! ব্রহ্মাগী কমণ্ডলুদগী থৌজান, মুংশবা স্বর্গ গঙ্গা মন্দাকিনীনা চেনথরকপগুম মাসিদগী মীওইবগী থৌজান, মুংশবা অসিনাচংবা অফবা পুকচেল পুম্নমক চেন্থোরক্নুনা মীওইববু মীওইবদা মতিক চাহল্লি। তৌইগুম্বস্তুং ঐখোয়গী লাইবক ফবদি—থমোই য়াওদবা মীদি তেংবানবদা উদ্রি, লৈরবস্তু মাহাক্কী মপোক অহু অরেম্বান। মথক্তা হায়খ্রে ঈশ্বর ভক্তি হায়বসি মীওইবগী অথোইবা পুকচেল্লি। অরাবগী লৈচিল্লা মাইকৈ তরামক কুপথ্রবা মাং-তুং য়েংবদা কনা পাম্বে অমা থিবা ফংদ্রবা মতমদস্তু নত্রগা মুংঙাইবগী ঈপাক্তা অনৌবা ঈথক্লা হৌরকলবা মতমদস্তু মতম পুম্নমক্তা মীওইবনা ঈশ্বর ভক্তিগী ইংলবা অমৃত থকচবা ফংহুনা তেংবানবগী অরাম খৌরাংবা কাওনরি। অওইবমক মীওইবগী থমোইবু থাগৎপাসি য়াম্বু য়ামদ্রি, মরমদি লাইবক ফবা মরমনা ঈশ্বর ভক্তিনা ঐখোয় মীওইবগী থমোই পেন্নফম ওইরি।

মরম পূম্নমক অসিনা ঐখোয়না খংই, ঈশ্বরভক্তি হায়বসি ঐখোয় মীওইবগী মহৌশাগী ওইবা তৌগদবা অমনি। অতুমক নত্রগা ঐখোয়গী মহৌশাগী ওইবা রাখল অমসুং লৌশিংনা ঐখোয়দা তাকই—ইবুংঙো মাহাক্কী থৌজান্না ঐখোয়না তাইবংপানবা ঙসিদা পোক্কুনা অমসুং হিংহনা ঐখোয়বু গীওইনা পানবদা মতিক চাবা পূম্নমক পীবিরিবা তেংবানবগী মপু ওইবা ঈশ্বর অতুগী খুয়াদা ঐখোয় 'তাল্লবা মীওইবনা অতৌমক ঙমদ্রবসু ভক্তিগী লৈরাং মখৈদা কচ্চবদি ঐখোয়গী তৌ'দবনি। মরমদি, জীবগী মরক্তা ঐখোয় মীওইবনা তোংঙানবা পুক্নিংফম খরা ফংবসি ঐখোয়গী তোংঙানবা পুকচেল খরগীদমকনি। মরমদি তৌবি-রিবা হায়বদি ঐগী কাম্নবা তৌবিরিবা কনাগুম্বগীদমক ঐনা করিগুম্বা কাম্নবা অমা হম্না তৌববদি লাই। তৌইগুম্বসুং নংগী পোৎ লৌহুনা নংঙোন্দা পীরগা নংগী করি থোইনা পেম্নফম থোকপগে! প্রমান পাহৈ, রাহৈগী লাং পূম্নমক থাদোক্কুনা হায়রবদা মকাফম্না শাৎলিবা লৈরাং পামেলথক্তা য়াল্লিবা অমৃতনা থল্লবা হৈরাং পূম্নমক অসি ঐ, নং অমসুং মাহাক কনাগীনো ঈশ্বরদা পূম্নমকপু শেম্বিরম্মিবা ইবুংঙো মাঙোন্দা ভক্তি লৈতবা মী অতুদি অমরোমদা হুরানবগুম্বনি। ইবুংঙো মাহাক্কী পোৎ হুরান্দুনা ইবুংঙো মাঙোন্দা কৎপগী করি অথোইবা গুণ অমা লৈরমফম থোকপগে হায়বা ঐখোয়না খংদে মরুদি ভক্তিতনি।

পত্রং পুস্পং ফলং তোয়ং যো মে ভক্ত্যা প্রযচ্ছতি।
তদহং ভক্ত্যপহৃত যশ্নামি প্রযত্নঃ।

তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না রাবদি মতম অসিদা মতমগী ঈরৈনা ওইরবসু অমনা ওইরবসু ঐখোয়গী য়োইহেনবা তানথৎলিবা ছাত্র-নচিংবা অয়াম্বনা মাসি তাম্লিংদে। নত্রগা তৃতীয়নার্জ্জিতং পুন্যম্ হায়বা নীতি শাস্ত্রগী রা লৌহুনা নত্রগা হৌজিক্কী কাম্নবা রা ( Utility ) গী মতুং-ইন্না ঈশ্বর ভক্তি অসি কয়া থৌশানদবগী খুদম উবা ফংই। তৌইগুম্বসুং শ্রীমদ্ভাগবত্তা প্রহ্লাদনা করি হায়খি।

হিংচাবগী শাগৈদা পোকলবা হে ইচিন ইনাওশা! মতম পূম্নমক অসি ঈশ্বর নিংবগী তিক চাবা ঙাক্কনি, নহা ওইরিঙৈদা মীওইবগী থমোইদা থাগ্রবা ভক্তিগী পাম্বৌ অহুতনা তুংদা মপুং ফারক্কুনা মীওইববু অয়ান খুভম ফংবা ঙমহল্লি। অদুগা ঈশ্বরভক্তি তৌবদা অরাবগী অরুম্বগী করি খুদম লৈবগে হায়বা ঐখোয়না থংদে। মথক্কনা হায়রে—ঈশ্বর ভক্তি হায়বা অসি ঐখোয় মীওইবগী থমোইগী পোৎথানফমনি, তেংবানবগী অরাবগী মৈচাকনা চাকলবা তাইবংমীদা মন্দাকিনীগী ঈংলবা অমৃতগী মশকনি।

ইবা হৌগ্রবা লোইনিংদ্রবা ঈশ্বরভক্তিগী রা অসি ঐখোয়না রাহৈ মঙাতরাদং হায়জহুনা পঙকক্ফম পীজরগে। ঈশ্বরভক্তি হায়বা অসি থাঙ্গৈশেংনা স্পর্শমণিগী মশকনি। ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা মীতনা তেংবানবদা পোকলবা মীওইবগী খাগৎনফম ওইরবা থৌজান মুংশিবন-চিংবা অমেংব পুকচেন পূম্নমক্কী মপু ওইহুনা তাইবং পানবদা মীওইবগী মতিক চাবা খুভম ফংবা ঙমৈ। ঐখোয় হিন্দু হায়বা জাৎ অসিনা ধর্ম্মবু কিবনা শোল্লবমক্কদা পৃথিবীদা অথোইবনি হায়হনা ঐখোয়না নিংজরি অমসুং অতৈনা থাগৎপিরি অদুনা ঈশ্বরভক্তি রাৎলবদি ঐখোয়গী জাতিগী ময়েং তাবনি হায়বা অসি ঐখোয়না থাজদবা ঙমদে।

মরম পূম্নমক অসিনা থমোই লকা মন্নুংদা মতম পূম্নমক্তা ভক্তিগী পুক্নিং মশক শকফম্বু য়েক্কুনা অয়াম্বা সংসারগী পাপ অমসুং মৈচাক্কী কোকপা অমসুং অইংবা খুভম ফংনবা লাকনসি।

সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ
অহং ত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মাশুচঃ।

# শিনফম ওন্নবা।

উনবী পুক্লিং লোংবা শৌশমনা য়াম্বদি মতম পাঙ্গল লাংনা ফোইথুনেএ।

অওইবমক লমফাংলশ তাইবংপানবা অসিদা ঐখোয় মীওইবনা চংকদবা লম্বী খনবা অসি খরদা নত্তে য়াম্না লুই। মরম অসিমক্তনসু অয়াম্বনা খেন্নবা নাইদনা য়োইবু য়োইহেনবা পাম্লবসু মরক্তা লম্মুক্তনা অনৌবা আশানা থল্লবা তেংবানবদা নিংবা কায়বগী তেংথারোনশকপা তাই। ঐখোয় মৈতৈগী শিনফম ওন্নবা হায়বা ব্লাহৈ অমিগী মরমদি মাসিদগী পোকপনি হায়বা অসি থোইনা লানগনি শায়না নিংদবা য়াবা মরমসু লৈ। করিনা ওরুবা মতম লৌশীনা পৈরবা তেংবানবদা করম্না উনবী পুক্লিং লাংদব যানি। করম্না শৌরমনা য়ামদবা য়াগনি, অতুগী মথক্তা অমুক মৈরানবীগী পুন্সিগী তেল্লব মীওইবগী মপোক অসিদা মতম পাঙ্গল লাংনা ফোইথুনদবা য়াগদ্রা। থাঙ্গোশংনমক তেংবানবা শেন্বা মপুনা কনাবু করিগীদমক থারকইবনে, তেংবানবগী লীলাগী ফঙ্গাক্তা কনাবু কারি লীলা উৎসুনবা শীল্লকইবনো হায়বা খংবা অসি নত্রগা খংনবা লাকশ অসি ঐখোয় মীওইবগী তৌদবা যাদ্রবা তৌবদা লুরবা শিনফম অমনি।

কনাবু লানবা হায়গনি নংসু মুপামচা ওইবগী হৌনবা পুং ইশৈ, লাইরিক, থাং, শা মথং মথং পরিক্ষা তৌতুনা য়েংলে; নং অমসু মুপী মচা ওইবগী হৌনবা যিবোন ফিরিবা, ফিশ লোনশাবা পুন্নমক মথং মথং হোৎনতুনা য়েংলে; শৌইগুম্বসু পুন্নমক অমতদসু মীমান্নবা ওমত্রি। মরম অতুনা নংনা তেংবানবগী লানফম অসিদা মাইথীবা কংতুনা নিংবা কায়বগী মুংশামপী হোল্লি অতুনা মতমগী অকনবা ঈরৈনা নিংবা পুন্নমক থাদোক্তুনা অশিবগুম থোং-খূৎ পুন্নমক তিংথোক্তুনা তাওথদনা থেংঙুবা মফমদা থেংঙুগনি, তারুবা মফমদা তারুগনি হায়বসু হায়বা য়াদে। করিনা মৈ, ঈশিংনচিংবা পোৎ নত্রগা মিৎ

নাকোংনচিংবা ইস্রি পুম্নমক অসিগী কান্নবা অককনবা অমমম লৈবগুম, মীওইবগী হিংহুনা পানবগী পাঙ্গল অসিগীসু অককনবা লৈরমগনি হায়বা অসিসু থনফমমক থোকই। মুমিংনা কোকতোন লোম্বদা ভিক্ষা মুষ্টি অমতং ফংনবগীদমক থোং থোংদা কোয়না চৎলিবা চাক-নিবা অসি, নত্রগা তেরা মোম্পাক মথক্তা অরা-পোংথোকঙমদ্রবা, মনাই চামনা য়াকা ঙাইহনা লৈরিবা ইনাক খুনবা অসি, পুন্নমক্কীদমক মীওইবগী পুন্সি হায়বা অসি অঙাংনা শান্নবগুম অরেম্বা নত্তে। বুদ্ধ রাম, চৈতন্য, কালিদাস, সেক্সপিয়ার অসিনচিংবা অচৌ অচৌবা মহাপুরুষ পুন্নমক অসিনা মাহাক মাহাক্কী মপুন্সিদা মাগী মাগী তৌগদবা শিনফম পাংথোক্নুনা পোকপগী মহৈ য়াম্নখ্রি। ঐসু মাখোইগুম্না তেং-বানবদদি পোক্লরে, তেংবানবা শেম্বা মপুগী প্রজা অমদি ওইরবসু ঐবুদি কনানসু খংবিদ্রি. কনানসু ঐবু মীনি হায়হুনা খন্থুনা ইকাই খুম্নবগী খুদোল অমতসু পীরদ্রি। অহুনা ঐগী পুন্সি অসিদি অরেম্বনি হায়বা খন্দুনা অহানবমক্তদগী তাইবং ঈপাক অসিদা নৌ থাহুনা তাওপবদি পামফম থোক্তে। করিন ঈশিং মরিক অমতং য়োনা মহৌশাগী হানবী মথা পোল্লবা পিকপদগী পিক্লবা জীব য়োনা মপুগী নিয়ম ঙাক্তুনা চৎলবা তাইবংপানবা অসিদা খোরাংবা লোইনাইদ্রবা চাওখৎহৈরবা মীওইবগুম্বা জীবনা তেংবানবগী লীলাগী শংদা হুরানবগুম থোংদা ঙকমথৈদা লৈৎশিল্লম্নগা হনখিগনি হায়না নিংঙ্বদি রাখম্না লানফম থোকপসু য়াই।

অওইবমক, ঐথোয় মীওইবা অপুম্বগী অককনবা লক্ষ্য অমমম লৈ হায়বা অসি অচুম্বমকনি। তৌইগুম্বসুং মাসি অপাম্বদগী ঙাক্তা থোকপ-নি হায়না নিংবদি ফনা অচুম্বা লৈহুনসু অরানবা য়াওদবদি নত্তে। মরম-দি অপাম্বনা ঐগী পুন্সিগী পাঙ্গদবা থবক্কী লময়ানবদা তেংবাংনৈ হায়বদি অরানবা নত্তে। তৌইগুম্বসুং মহৌশাগী পাঙ্গল অহুগা লমচৎ অমসুং রাখল নত্রগা পোৎখিগী ফিবম অওইবা ফংবদগী লেপলবা শিন ঋতু পুন্সিগী অপাম্বা অতৈ অতৈগা লোইন-লোইননা পাংথোক্লবা লাক্লবা

অসি মীওইবগী অনি লোংত্রবা চৎকদবা লম্বীনি। মাতুতদা মীইওবগী মুংঙাইবনি, মীওইবগী পোকপা মহৈ য়াম্নরিবনি। নত্রবদি ঐখোয়গী শিনফম ওন্নবা হায়বা রাহৈ অসি তাতুনা নশাগীসু কান্নদা, মীঙোন্দসু চন্নদনা মীমাং ফম্বা তানরি। শিনফম ওন্নবা হায়বা রাহৈ অসি হৌজিক্তা অয়াম্বনা ফাগি জুগাইগী রাহৈ ওইনা পুকচেন অয়াংবগী মরমদা চৎনথ্রে। তৌইগুম্বসুং মাসি মপোক মীহিংবা ঙম্বা অরুবা লাইরাগুম্বনি হায়বা অসি অয়াম্বনা খন্নদ্রে, অখনবা খরসু মতম পাঙ্গল লাংদা শোইবা য়াত্রবা মীওইবগী মিৎফম হোংতুনা মাগী পান্দমফম অতুবু কাওথোকনৈ। মতুংদা চা লীশীং কয়া য়েংলবদা মতমগী অকনবা ঈরৈনা হুনগৎপিরম্বা মফম অতুদা ফমতুনা অন্নাবগী মুংশা-শোরগা লোযননা নিংবা কায়বগী তেংথারোন শকপা তারৈ।

প্রমান অমদা- ঈশৈ শক্কদবা নঙোন্দা ঐনা *ভদ্রগী লাইয়েক্রুবা তুলি পীরুতুনা কবি কান্নফম লৈগান। মতমগী ঈরৈ নত্রগা থোই-দোকপা থোদোক খরগী থোইনশিন্না নংনা মাতু পাম্বামখৈদি ঙম্বা য়াই, তৌইগুম্বসুং মাতুনা ঐহাক নহাক নত্রগা কনাগী কান্নফম ওইবা য়ারগদগে। নোংদম্বা বিধিনা নংবু কোকিলগী মঙাগুবা খোম্থাংবু ঙমজবা মুংশিবা খোনাও পীতনা তাইবং প্লুক্লিং শুম্মাৎনবা থারক্লি। অতুগা নংনা মাতু কাওথোক্তনা তুলি অমসুং হিদাক মচু শেমতুনা লৈরবদি নঙোন্দসু করম্না মু ঙাইফম ওইরগনি। অতুগা মাতুনা কনাগী পেন্নফম ওইরগনি, বিধিত্রর্ম্মা নোংদম্বনা নংবু কালিদাসগুম্না নংগী জাৎকী সাহিত্য চাওখৎনবা লাক্লতুনা নংগী জাৎ অমসুং নরৈপাকী চাওখৎপগী লম্বী শেংনবা থারক্লে. অতুগা নংনদি মাতু খংদতুনা নত্রগা খংঙবসু থোশাদতুনা দোকানগী হিসাব শুতুনা লৈথোক্লে। মাতুনা নংগী হিরম অনিমক্তা মাংতুনা কবম্না মমৈদা লম্মুরতুনা মাঙজোইদগে। খল্লু, শঙ্করাচার্য্য অমসুং চৈতন্যদেবনা অচুম্বা অমসুং ভক্তিগী অমৃত খিতুনা লমজাওথোম্না চাক্লবা তাইবং মৈচাব মৃৎপিনবা লাক্লদনা নেপোলিয়ান

[* মৈতৈ অপুম্বনা কাওদবনা চুম্বা লাইয়েকপা ওঝা অমগী মমিং]

বোনাপার্টগী থাংশাং পায়রুৎনদি মশাগী ৎমম্বুং তাহবংপানবগী করি কান্নফম থোক্তনি মরম পুম্নমক অ্িনা উনবী পুক্লিং লোংদনা মাগী মাগী তৌগদবা খংহুনা। মহু পা,ননবা লাক্লবনা মীওইবগী লাক্লবনি।

তৌইগুম্বস্তুং অরাবদি মাহু থোক্তহুনা অয়াম্বগী তাংলবা. পুন্সি অসি অরেম্বদা মাংনরি। মরম অহুনা অয়াম্বনা নোংদম্বা বিধমক্লা ফংগুমদ্রে হায়বা মীওইবগী মপোক আস অয়াম্বনা পুঙমদ্রবা পোৎলুম-গুম্না থোক্লি। চানবা পুক্কে চোল্ল. শেৎনবা ফীরুক থল্লি, লন য়েংই ব্রাৎতে, মী য়েংই নোপ্তে, তৌইগুম্বস্তুং মাখোইগী মপুক্লিংদা হৈনিংবা অমতা পোকত্রি। পোম্বী চেক্লাশিংগী অমৃত চেল্লবা কোলোই লৈচন খংলবা কবিশিংগী নি,থিবা লৈপরেং, ভরামৈচাক খংদ্রিবা মথোক কারকপা পাখংশিংগী হরাও কুম্মৈ, নু,শিখংবা কনানা মাহাকী চান্নথোহবী কনাগা নাপাচিকনা ভা,নবা হু,শি কোলোই, পুন্নমক অসি মথং মথং চাং য়েংলে; তৌইগুম্বস্তুং াহরম অনতম্ব নুংঙাইবগী মশক উদহুনা পুন্সিবু অরেম্বদনি হায়হুনা লেপনার। অয়ুক ওইরাম্মি, অয়ুক্কী নুংঙাইবগী থোরম চামনা তাহব, ঈচেন্দা চেম্হখ্রে নংদি নুংঙাইবগী করম্বা মশক অমতং ওকহোবা ঙমব্রা। অয়ুক অহু হৌখিহুনা ন্নামৎ চাংয়া থাংখ্রে, তময়া কৌর চেল্লে, নু,ঙাইবগী লৈরাং চামনা মতমচাবা উহুনা ফুগাইনা শাৎলে। নংদি করম্বা শীংঙেন অমতং হেকহৌবা ফংব্রা! অহিং তাংলো অথেংবদা মহা চেল্লবা থাবনগী ঈচেনগা লোইননা অমৃতগী ঈথক হোৌর। কদাই নংদি অমৃতগী মরিক অমতং লৈতোন্দা তংজবা ফংহোবরা, নত্তে পুন্নমক অরেম্বা ঙাক্তনি। ওলাংথাগী চাক্লবা থাম্বী মৈরীন। থমোইলকা য়োনা চাক্তনা লৈরম্বদা করম্না মপানগী বসন্তগী নামবা মুংশিংনা ঈংহনবা ঙমগান। মপুনা নংগী নুংঙাইবগী লম্বী অমা পাকনা শেমহুনা থম্বিরি, নংনা মাহুদা চত্তহুনা কুমগী লম্মৈনা চাকথ্রবা মত্তুংদা হৌরকপা অনৌবা তুম্বৌ মরক্তা নশানা পামহুনা চংলি। করম্না নুংঙাইবা ফংগনি। এখোয় অতৈ থংদে, ঐখোয়গী অতোপ্পা হায়নিঙাই অমহু লৈতে। মাসিগী মরুওইবা

অর্থবু মতম লৈরিঙৈদা চেকশিলহৌ ৱাখলগী মুংশিবা মশক উত্তুনা ঙাংগন্নু। মরাইবকথীবা কনাদা ৺সিগুম্বা ফত্তবা দশা হেক থোকপদা মহৌশা হায়বী লাইৱেম্বীনা খোঞ্জেন থোক্রবা ৱাহৈনা লাউরি— চেকশিল্লু লৌশিংগা লোইননা পোৎথি শীজিন্নত্বন' শিল্পোং য়েংবা কাউগন্নু। নত্তত্বনা মপুগী শিনশংদা শিনফম ঔন্নবদি অৱাবদা তাগনি। নংনা মতমগী তোর্ব্বান্দা নখোং নখুৎ তিংথোক্তুনা তেংথাবা উরগা থৌজান হৈৎবী মহৌশা নংগী ৱাবদা ৱাবিত্বনা মেংলবা ৱাহৈনা থেম্না়ল্লি। —চেকশিল্লু লমফাংলবা মালংদা লম্মুকনদনবা লাকনৌ নত্ৰবদি ৺াইবং নাৱক আসদা তাবিনবা লৈতনা অৱেম্বদা তেংথাত্বনা নপুন্সি অত্বগী কান্নফম থংঙোই'

---

## নোংপোকথংবা ভারত অমসুং মণিপুর।

হৌজিক্কী মতম অসিদা ঐখোয়গী নোংপোক থংবা ভারত হায়বদি নো ৎ াকথংবা বাঙ্গালা, আসাম অমস্থং হৌজিক্কী মণিপুর অসিবু অয়াম্বনা মখল মখা অয়াম্বা মৱমদগী পাণ্ডবনা য়ৌৱমদবা আর্য্যশিংনা খুন্দ।বা য়ৌৱমদবা অমদি অনার্য্যগী অশেংবা লৈপাকনি হায়হুনা ।নং ত্বং। খাইগী নোকনফম ওইনৱে। তৌইগুম্বসুং মাখোইনা নোকনৈ হায়হুনা ঐখোয়গ ৱাখল চাওংা পণ্ডিত অয়াম্বগী থোইনা ৱাক্লফম লৈত্রবস্থ মাগী মৱমদা ইগে হায়ৱবদি অচুম্ববু থুপলবদি য়াদবনা ঐখোয়না শাস্ত্ৰগী উরুবা অমসুং তারুবা মৱম খরনা থুৎলাই ওইহুনা মাখোইনা হায়ৱিবা অত্বগী চিনথক্কা পাউখুম মঙাতৱাদং খুমলুবদি অচুম্বা নত্তনা অৱানবা ওইগনি হায়বা নিংদে।

অওইবমক ঐখোয়গী লৈপাক অসি থাইনা মমাংঙৈদগী আর্য্যগী মতিং চাওৱবা নিংথৌশিংনা পাল্লম্লবা লৈপাকনি। শ্রীমদ্ভাগবততা কাৱ হায়রি—

ততো হোমোদৃথ সুতপা, বলি : সুতপসোহং ভবেৎ
অঙ্গ বঙ্গ কলিঙ্গাদ্যা শুহ্ম পুতোট্র সংজ্ঞিতা
জজ্ঞিয়ো দীর্ঘতমসো বলেঃ ক্ষেত্রে মহীরিতঃ।
চক্রু স্বনাম্নাবিষয়ান্ বড়িমান্ প্রাচ্যকাংশ্চতে।

মহারাজ দশরথনা পানবগী মমাংদনা প্রাচ্য ভারতা বলি মহা-রাজগী ক্ষেত্রদা পোকপা অঙ্গ, বঙ্গ, বলি, শুহ্ম, পৌণ্ড্র অমসুং ঔড্র হায়বা মচা তরুক্না মাখোই মাখোইগী মমিং মতুংইন্না খোনবা লৈপাক তরুক্তা নিংথৌ ওইদুনা পানখি হায়বা অসি ঐখোয়না খংই। মতুংদা অঙ্গগী বংশদা পোকলবা চিত্ররথ নত্রগা রোমপাদ মহারাজদা অযোধ্যাগী নিংথৌ মহারাজ দশরথনা মচা নুপী অমা চান্নবা মরুপকী মতৌগুম্না মচা ওইজৌ হায়দুনা পীখি। রোমপাদ মহারাজনা মতম কুইনা মচা পোক্রুবদা লৈবাক্কী অহে অশিংবা ব্রাহ্মণশিংনা তাক্লুনা ঋষ্যশৃঙ্গ মুনিবু অঙ্গ দেশদা কৌদুনা ইন্দ্রযাগ যজ্ঞ তৌখি। অসিনচিংবা রারম পুন্নমক অসি পারুরগা মতম অদুগী অঙ্গ দেশতা ব্রাহ্মণ্যধর্ম্ম চৎলম্মি অমসুং আর্য্য ব্রাহ্মণশিংনা খুন্দাবা অঙ্গ লৈপাক য়ৌখি হায়বসি লায়না খংবা ঙমই। বংশ অসিদা পোক্লবা নিংথৌ অধিরথনা কুন্তীনা কোরিগী চক্ষুদা হাপ্পুনা থাদরকপা কর্ণবু গঙ্গাদগী ফংখি। কর্ণনা পানবা মতমদদি অঙ্গদেশ অসিদদি মহাভরত পাবা মী মখৈদি খংফম থোকই।

রামায়ণগী মমাংদনা অঙ্গদেশদা আর্য্যশিংনা খুন্দাবা হৌরে হায়বসি মহাভারত, রামায়ণ, শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবা পুরাণ, মহাপুরাণ অসি পারগা খংবা ঙমই। অঙ্গদেশ য়ৌরবদি চাওখৎপা চামগী মপু ওইরবা আর্য্যশিংনা মহৈমরোংনা শংলবা, লুরবা ঈশিংনা চোম্বা ভুরেন খিবিক্লা লৈতেংলবা বঙ্গদেশ য়ৌরম্মোই হায়বা অসিসু রাথম্না লাম্বা ফংদে। অওইবমক বঙ্গ হায়বা নিংথৌ অসিসু ময়াম্বা অঙ্গগী মতৌগুম্না মাহাক্না পানবা লৈপাক্তা আর্য্যগী হৌনবীনচিংবা পুন্নমক শন্দোকলম্বা য়াই হায়বা অসিসু শাক্লুবদা খোইনা পানবা থোক্লনি হায়বা নিংদে।

অমহিকস্থ অর্জ্জুননা তীর্থ চৎলকপা কান্দা বঙ্গদেশগী মনুংদা লৈরম্বা তীর্থ পুম্নমক্তা চংখি হায়। মরম অদুনা মতম অদুগী মমাংদনা বঙ্গ-দেশতস্থ ব্রাহ্মণ্য ধর্ম্ম অসি শন্দোকখ্রে হায়বা প্রমান ওইনৈ মরমদি ব্রাহ্মণ নত্তনা তীর্থগী মাহাত্ম্য খংফম লৈতে, হৌজিক অসিদা বঙ্গালী শিংবু য়াম্না শোল্লবা করিস্থ কায়দ্রবা মীগুম নিংনরে। তৌইগুম্বস্থং মহাভারতকী মতমদদি বাঙ্গালীশিংস্থ য়াম্না খুৎকন পাঙ্গনবা জাৎ অমা ওইরম্মি। মরমদি মতম অদুগী ৎনহৈব্রবা ভারতকী নিংথৌ অতৈ অতৈগুমনা বাঙ্গালী নিংথৌ ইন্দ্রসেনস্থ দুর্যোধনগী বার্তুন ফ তুনা কুরু-ক্ষেত্রগী লান য়াওখি মহাভারতকী অকনবা লানফমগী মফম মফম খুদিংদা ঐখোযনা বাঙ্গালী লান্মীশিংগী কনহৈবগী খুদম ফংখি। অওইবমক ঐখোয়না ভারতকী আর্য্যশিংবু ভারতবর্ষ নত্তন মফম অতৈ খাংখিদবমাল্লে হায়না নিংবত্ত লাল্লি ভারতকী অচৌবা নিংথৌরেন ভরতনা দিগ্বিজয় চৎপদা ভারতবর্ষদা নত্তনা লৈপাক অরাপ অরাপ্পা ভারতকী রাংমা লান্না লৈবা লৈপাক পুম্নমক য়ৌখিমাগে, হায়না নিংই। শ্রীমদ্ভাগবততা করি হায়রি।

কিরাত, হূনান্ যবনান পৌণ্ড্রান কঙ্কান খশাঞ্চান্।
অব্রহ্মণ্যনৃপাংশ্চন ম্লেচ্ছান্ দিগ্বিজয়ে, খিসান্।

অদুগা অর্জ্জুননা যুধিষ্ঠির মাহারাজগী রাজসূয় যজ্ঞদা দিগ্বিজয় চৎপসি মধ্য এশিয়া, সাইবেরিয়া, চীন, মঙ্গোলিয়া মশং অসি থুংনা চৎলম্মি হায়বাস পণ্ডিতাশিংনা ককনঙাই লৈত্রবা প্রমাণগা লোইননা উৎলি। হৌজিক্তা পণ্ডিতশিংন মধ্য এশিয়াদা হিন্দু আর্যাশিংনা পাল্লবগী প্রমাণ পুম্নমক শন্দোকালবা আসদা খোইনা থাজফম লৈতে। অদুম্না বঙ্গদেশগী আর্য্যশিংস্থ লৈপাক লৈপাক চত্তুনা মাখোইগী খুৎকন পাঙ্গনবা উৎখি বাঙ্গালী নিংথৌ মচা অমনা লঙ্কা দ্বীপতা চৎতুনা পানখিবা বাঙ্গালী আর্য্যশিংনা কামরূপ অমস্থং মণিপুরনচি বদা চৎতুনা থুন্দাখি। বাঙ্গালী আর্যাশিংনা ব্রহ্মদেশ, শ্যামনচিংবা লৈপাক্তা চৎতুনা আর্য্যসভ্যতা হৌনবা লীচৎনচিংবা শন্দোকখি।

পৌণ্ড্র হায়বদি অরাংথংবা বাঙ্গালা অসিস্তু মহাভারতকী মতমদা য়াম্না খুৎকন পাঙ্গপ্রমই। মহাভারতকী কান্দ। কলিঙ্গ লৈপাক অসিদি অকনবা নিংথৌ পুন্নমক্কী লুচিংবনি হায়না শীংথানরম্মি! মহাভারত্ত ভীষ্মপর্ব্বদা কলিঙ্গ নিংথৌনা মনাও চামগা শোকনবা লান অহু পারবদি মতম অত্তুদা মহাক্কুম্না কনহৈবা নিংথৌদি কযা য়ামলমদবমাল্লে হায়না নিংবমক য়াই। তৌইগুমস্তু মতম অতু ফাওবা কলিঙ্গ লৈপাক্কা ব্রাহ্মণ্যধর্ম্ম শন্দোকপা অসিদি মপুং ফারমদ্রি হায়বগী প্রমাণ মহাভারতকী অশ্বমেধপর্ব্বদা উবা ফংলি। তৌইগুম্বস্তুং মতম অত্তুদা ঐখোয়গী মণিপুর লৈপাক অসদি ধর্ম্ম অসি লিংখৎপা মপুং ফারম্লে হায়বগী খুদমস্তু রাৎপা লৈতে। ঐখোয়না মহাভারত্তা বভ্রুবাহননা লান লোইববদা মশীং নাইদ্রবা ব্রাহ্মান্দা যণবী দান তৌরা অসি উবা ফংলি। মতম অত্তুদা কামরূপ ফাওবা ব্রহ্মণাধর্ম্মদগী হেন্দোক্কুনা বৈষ্ণবধর্ম্ম ফাওবা তৌখিরম্মে হায়বস্তু ভগদত্ত, ব্রজত্তনচিংবগী রা তারগা থাজদবা ঙমদে। থাইনা মমাংদা আর্য্যশিংনা মাখোইগী হৌনবা থংবগী লৈচৎনচিংবা অতু ব্রহ্মদেশ, শ্যামনাচিংবা মফমদা শন্দোকখি। হায়রিবা অসি হৌজিক্কা থাইনা অয়েৎপা য়াওদনা থাজনরবা রানি। অতুনা হৌজিক্কী মণিপুর লৈপাক অসি মফম পুন্নমক অসিদা চৎনবগী থোং ওইরম্মি হায়হুনা পণ্ডিতশিংনা হায়বা অদদা থাইনা থাজদক্কমস্তু লৈতে আর্য্যশিংনা মতম অমদা মণিপুরদা লম্বী ওইনা ব্রহ্মা, চীন লৈপাক্কা মুগা পট্টবস্ত্রগী লল্লোনবগী থবক তৌরম্মি অমস্তুং মাসিদা মরক মরক্কা চান্নবা, কুইনা নত্রগা কান্নগদবা মতম মথৈ লেনখিরম্মি হায়বা অসিস্তু মথাজবা য়াবা রানি। [illegible]ইবমক মণিপুরগী সভ্যতা অসি ওরাংদগী নত্তে হায়না অসি থাজদবা [illegible]দবা [illegible] মরম অসিনা হৌজিক্কা ঐখোয়গী নোংপোক্কী [illegible] অসি থাইনা [illegible] লৈপাক ওইনা লৈবা তারবস্তু মমাংলৈ[illegible] হৌনবা থংবগী [illegible] ঙাল্লম্মি হায়না খঞ্জহুনা ঐখোয়না ঐখোয় [illegible]।

---

*THE END*

